মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা কোংবা

# একাদশী পঞ্চালী



রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্

# একাদশী পঞ্চালী



রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কমনা
সম্পাদন তৌবা।

১বা কোংবা
১৯৬৭ ইং

স্বত্ত পুস্তক সম্পাদকীন। মমল ২'৫০

কোংদোকপা —
রাজকুমার শ্রীজয়ন্তকুমার সিংহ
থাংমৈবন্দ রোড, ইম্ফাল, মনিপুর।



ছাপা নম্বা—
শ্রীরাসবিহারী সিংহ
ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্[illegible] (মনিপুর)।

ঐহাকপু শিক্ষাগী লম্বীদা, লমজিংবিরবা

জনষ্টোন হায় স্কুলগী হেড্ মাষ্টর ওইরম্বা

স্বর্গীয় খুমনথেম মধুমঙ্গল সিংহগী

স্মৃতি উদ্দেশদা

# বাহৌদোক

মৈতৈ ময়েক্তা মমাংথৈগী ওজাশিংনা ইহুনা থম্বিরম্বা লাইরিকশিংগী মরুংদা "একাদশী পঞ্চালী" অমনি। লাইরিক অসি ওয়ানিপালশুবা শতাব্দীদা ইরম্বনি। লাইরিক অসি কোংদোক্লবা হোৎনজবদা শ্রীথোংঙাম মাধব সিংহ পণ্ডিত, শ্রীহাওরোকচম নীলমনি সিংহ পণ্ডিত অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র পণ্ডিতকী মতেং লৌজে। মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং পিবিবদগী লাইরিক অসি কোংজবা ঙম্লিবনি। মসিমক নংলমদ্রবদি লাইরিক অসি কোংদোকচবা ঙম্লমলোইদবনি। মসিগী দমক্তা পণ্ডিত অহুম অমসুং মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষকী মফমদা থৌবিমল থাগবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,

য়াঙশং,

তাং ২৬।৩।৬৭ ইং

রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ

# একাদশী ব্রত

ভজন ক্রিয়াগী শরুমশিংগী মনুংদা একাদশী ব্রতনা অথোইবা শরুমনি হায়না শাস্ত্রনা লাওরি। মরম অসিনা বর্ণ মরি অমসুং আশ্রম মরিগী মী পুম্নমক্না একাদশী ব্রত ভোগদবা ওই। শ্রীহরি ভক্তিবিলাসতা অসুম্না ইরি—

বর্ণানামাশ্রমানাঞ্চ স্ত্রীণাঞ্চ বরবর্ণিনি।
একাদশ্যাপবাসস্তু কর্ত্তব্যো নাত্র সংশয়ঃ।।

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়নচিংবা বর্ণ মরি অমসুং গৃহস্থনচিংবা আশ্রম মরিগী মীওই অমসুং নুপীশিংসু একাদশী উপবাস ভোগদবনি। কনা-গুম্বা মহাত্মা অমনা হায়খিবা রা লৈ মতুদি কর্ম্মগী ইন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙা অমসুং পুক্নিং পুম্না ভরামাথোহ অসিবু খুতুম চন্দুনা শ্রীহরিবু নিংজবনা একাদশী ব্রতনি অমসুং মসিগী দমক্তা চরা হেনবনা একাদশীগী উপবাসনি। মহাভারতা ইরি—ঈশিং, উরু-উরা, উহৈ, যঙোম, ঘী অমসুং শ্রীগুরুদেবনা ভাকপিবা পোৎশক অমসুং হিংনবগী দমক্তা চংদবা য়াদবা হিদাক—লাংথক-নচিংবা চাবদি ব্রত কায়বা কৌদে। অতুগা শ্রীভগবান মশামক্না ভাকপিখিবা লৈ মতুদি শ্রীভগবানগী চেপ্পদা, লেংথংপদা অমসুং য়াওনবদা হায়বদি শয়নৈকাদশী, উত্থানৈকাদশী অমসুং পার্শ্বৈ-কাদশীদাদি উহৈ, উরু-বারু নত্রগা ঈশিং থক্লবদি ঐগী থম্মোইদা ভাশোন্না খিনবগা পাংথক্নি। মরম অসিদগী একাদশী তিথিদা একাদশী উপবাস ভঙাইকদনা ভোগদবনি হায়না বৈষ্ণব স্মৃতিদা অসুম্না ইরি—

"একাদশ্যামুপবসেন্নকদাচিদতি ক্রমেৎ"

উপবাস লুমিন্না মহাপ্রসাদ কংবা থোক্লবদি ব্রত কায়বা কৌই। মতাং অসি হরিভক্তিবিলাসতা অস্নুন্না ইরি—

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত ব্রতমেতদ্ধি বৈষ্ণবম্।

ব্রত লুমিত্তা বৈষ্ণবনা মহাপ্রসাদ ফংলবদি মহাক্তী ব্রতচু কায়রে। কনাগুম্বা বৈষ্ণবনা শোইথিবদগী মহাপ্রসাদ ফংলুরবদি মহাক্তা বিষ্ণু নিংজবচু অরেম্বা ওই অমস্তুং বৈষ্ণব মশামক অরা-অনা নংই। মসিমক পৌতমীয়তন্ত্রদা মরেক শেংনা অস্নুন্না ইরি—

বৈষ্ণবো যদি ভুঞ্জীত একাদশ্যাং প্রমাদতঃ।
বিষ্ণ্বর্চ্চনং বৃথা তস্য নরকং ঘোরমাপ্নুয়াৎ॥

শ্রীনারদ পঞ্চরাত্রদা করি হায়রি হায়বচু অমুক্তা য়েংবিয়ু—

প্রসাদান্নং সদা গ্রাহ্যং একাদশ্যাং ন নারদ
যমাদি সর্ব্বভক্তানামিতরেষাঞ্চ কা কথাঃ?

মসিনা হায়রিবদি একাদশী তিথি নত্তনা অতৈ লুমিংতদি মহাপ্রসাদ লৌকৈ, করি অমুক হায়গনি শ্রীলক্ষ্মীগী মতৌগুম্বা ভক্ত পুম্নমক একাদশীদা মহাপ্রসাদ লৌহৈদে। স্মৃতিদা হায়রি—একাদশীদি পুন্নগী শত্রুম ওইরিবানি অমস্তুং শ্রীহরিগী থোই-দোক্লা পেন্নহনবানি। জগৎকী মবুংঙো শ্রীভগবান্না একাদশীদা মূর্ত্তি ওইনা লেংশিনবিরিবনি। মরম অসিনা একাদশী ব্রত তৌবা হায়বসিনা জগৎকী অরাবা কোকহল্লি অমস্তুং শ্রীভগবানবুস্নু পেন-হল্লি।

একাদশী লুমিত্তা মহাপ্রসাদ ফংহৈদে হায়বসিগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা মমা ইবেম্মা শচী দেবীদা অস্নুন্না হায়খি—

"প্রভু কহে, একাদশীতে অন্ন না খাইবা।"

—শ্রীচৈতন্য ভাগবত

শ্রীভগবানগী পেম্নবগী দমক্তা একাদশী ব্রত তৌনহ২না লাক-লিবনি। মরম অসিনা মহাপ্রসাদ থাদোক্তনা শ্রীহরিবু নিংজবনা একাদশী ব্রত তৌবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি। মতাং অসি শ্রীহরি-ভক্তিবিলাসতা অস্মুন্না ইরি—

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।
জাগরং নিশিকুর্ব্বীত বিশেষাচ্চার্চ্চয়েৎ বিভূম॥

মসিনা হায়রিবদি শুক্লাপক্ষ অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী অনিমক্তা চরা হেনগদবনি অমসুং অহিং তুমদনা শ্রীহরিগী নাম কীর্ত্তন তৌহ২না লেনগদবনি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা একাদশী ব্রত তৌবগী মরমদা অস্মুন্না ইরি—

সর্ব্ব প্রায়শ্চিত্তমিদং সংসারোত্তরকারকং।
একাদশীব্রতং বিপ্র! কুর্ব্বন্ মুক্তিমবাপ্নুয়াৎ॥

মসিনা হায়রিবদি হে বিপ্র! একাদশী ব্রত অসিনা মথল মথা অয়াম্বা পাপকী প্রায়শ্চিত্তকী মশক ওইহ২না সংসারগী অকৌবদগী লানথোকপি। মসি তৌজবনা শ্রীহরিগী চরণদগী কাওবা ভক্তি ফংজে।

কাশীদাসী মাহাভারতকী শান্তি পর্ব্বদা একাদশীগী মাহাত্ম্য নিংথিনা ইরি। একাদশী মাহাত্ম্যগী ৱারী অমা গালব কৌবা মুনিগী মফমদা মচানিপা ভদ্রশীল কৌবা অহনা লিথি। মহাক মশামক লহাএমুক্কী মপোক্তা সোম শাগৈদা পোক্লমই, মমিংনা ধর্ম্মকীর্ত্তি কৌরমই অমসুং জম্বুদ্বীপকী নিংথৌ ওইরমই। মহাক্না

ধর্ম্মবু খৌশাদুনা হিংসাগী থবক চৎলমই। নোংমগী মুমিত্তা লাইগী নোংদমদগী মহাক শামী-লাম্মী পুদুনা শাদানবা চৎলমই। মথোয়না শজী অমা কোয়শল্লমই। নিংথৌনা য়াশক্কুনা লাওথোক্লমই মদুদি শজী অদুনা নাম্থোকখিবা মায়কৈ অদোমদা লৈবা 'মীমথৈ শাগৈগা লোইননা পুম্না হাৎকান। মসি তাবদা লাম্মাশিং অদু মহৈ মহৈ চ্যোকশিল্লরমই। নিংথৌগী য়াশক অদু তাবদা শজী অদুনা থল্লমই— ঐগীদমক্তা মী য়াম্না শিনবা তারে, অদুগী শরুক-পুদি ওসি একাদশী মুমিৎ অসিদা ঐনা শিবা থোক্লবস্থ শা ওইবা অসিদগী মুক্তি ফংলগানি। অসি থন্দুনা শজী অদু নিংথৌনা লৈবা মায়কৈ অদোমদা চেম্থোকখ্রে। নিংথৌনা তেন কাপ্পদা পানবা ডমথিত্রে। নিংথৌ অদু শাওদুনা শগোল তোংদুনা বন মন্নুংদা শজী অদু তাম্লখ্রে। থরা লৈরগা শগোল অদু শিখ্রে। য়মগী দূত অনি লাক্কুনা মহাকপু পুন্দুনা য়ম তায়: পুরমই। ধর্ম্মরাজনা একাদশী উপবাস মুমিত্তা শিবা মধিদি পাপ কোক্লবনি, মরম লৈতনা করিগী পুরক্লিবনো হায়না য়াম্না শাওরমই। মতম অসিমক্তদা দিব্যরথ পাইথরক্কুনা মহাকপু হাপকৎতুনা ব্রহ্মলোক তাম্না পুখ্রে।

ঐহাক্না সম্পাদন তৌজরিবা "একাদশী পঞ্চালী" কৌবা লাইরিক অসিদা অসিগুম্বা য়ারী অনি য়াওরি—য়ারী অমনা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা একাদশী ব্রত কায়রুবদগী চন্দ্রাবতী মহারাণীগা কায়নবা; অতোপ্পা য়ারী অমনা হস্তিনা লৈবাক্কী নিংথৌ রুক্মাঙ্গদনা মহাক্কী লৈকোন্দা লৈ লোয়্না লোয়্না হেক্লবা ফাননবা থৌরাং তৌবদগী আহু কৌবা নিংথৌনা থাংথা অকংবগী মৈথুনা নোংমদোন শিনবা থুংখিবনা

দোলাই পাইখৎন্নু হায়বা মাত্রদুনা লৈবা খেংনরুবা, একাদশী ব্রত তৌবা মীনা শোক্লবদি দোলাই পাইখৎকনি হায়না আহু নিংথৌনা হায়রবদা একাদশী নুমিত্তা চরা হেনবী বেশ্যা হন্নবী অমা খেংন-রুদুনা বেশ্যা মমা-মচানা শোকপদগী দিব্যরথ অদুনা আহু নিংথৌ অমসুং হন্নবী মমা-মচা পুখৎখিবা অসিনচিংবগী ৱারীনি।

**রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ**

---

# একাদশী পঞ্চালী

শ্রীহরিদেব মপুরেনবুস্থং খুরুম্লমগে। বিঘ্নি ধ্বৈথায়ববু মাংহনংঙম্বা গনেশ লাঙ্গোই চুদহেনবস্থং খুরুমগে। শিব মহাদেববু খুরুম্লমগে। য়োইবু পার্ব্বতী লাইরৈমবুস্থ খুরুমগে। জগৎ তাইবংপানবগী মপুস্থং হন্না হন্না খুরুম্লমগে। য়োইবু সরস্বতী লাইরৈমবুস্থ খুরুমগে। ব্যাস মুনিরেম্নচিংলিবা মুনি-ঋষি পুম্নমকপুস্থং খুরুম্লমগে। মালেম তাইবংপাল্লিববু ঙাল্লিবা সূর্য্য-চন্দ্র অনিমকপুস্থং খুরুম্লমগে। পাতালপুর আনন্তশেষ নিংথৌবুস্থ খুরুম্লমগে। পণ্ডিত বৈষ্ণব পুম্নমকপুস্থং খুরুম্লমগে। শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু ভাংজা লুদা থোংনা খুরুম্লমগে। অস্তুম খুরুম্লবগা লাইক্রাকপম-চা ঙাইথোম্বা মপারি পলেম মমা য়োইরুমলোন নোংপানবা চম্ন পাইমা সনা লিনকোইগী মপারি শকাংঙম্বা লৈরাং অতোম্বা মম্মু কৌবা অঙাংঙা সনা ঈদগী হুইথরকপা থোইনাই য়ুমথংবা সনা ঈদা কাফবা ঙাংঙোই মোইরাম্বা-চানা কৃষ্ণ ভক্তি অথোইবদা উনবী পুক্সিং লুপ্না বৈষ্ণব চরিত্র মরমচং নিংথিবনা হকচাং লৈতেংওই, আচার মরমচং অশেংববু নমু কনাগুম্বগা মাম্নদবা প্রেমভক্তি অথোইবদা উনবী পুক্সিং লুপ্না হরি সংকীর্ত্তন মুংঙাইবগী ম্নাইদা রাংনা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-পণ্ডিত পুম্নমক্কী উনবী পুক্সিং মুংঙাইথোইনা প্রেম আবেশ থোকপদা নৃত্য জগোই শাববু পুক্সিং হরাওথোই, মুঙাই মরাং

কায়না পুক্লিং মহৌশাবু ওইনরম্বনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অখোইবগী খোইমোম লাইশং লিং, জগমোহন মুংঙাই খোইনা, মাণ্ডব চাওকোই শানা, কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী শঙ্খ মোইবুং খোং, সন্ধ্যা আরতি তৌ, ভজন লাইনিং কায়দনা লোইদাম থাবুম খুদিংগী থাশি থানিন অনিমক্তা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌনা পূজা ঈরাং অখোইববু পুক্লিং হন্দোক লৈতনা য়াইবি তোলনৌরি অশেংবনা থমোই কিশি লিয়োল চেং, খোইমোম লাইরমলেন অশেংবদা উনবী মচিল থৈ, থরাই লিকিননা প্রেম সমুদ্র ঈরেনপুংদা লুপ্পা লমচং মহৌশাবু ওইনরম্বনা শ্রবণ, কীর্তন, স্মরণ, পাদ সেবন, অর্চ্চনা, বন্দন, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন ভক্তি মখোয় মাপলমকপু কৃষ্ণ সনা মখোংথাদা কানা য়োইনা সেবা তৌজরম্বা পাইমা উনগোইনিং লৌশিং থোংহৌ কম্বীরেন শ্রীগুরু মপাওভাক তুংনফম, থমোই লাইমিং লেংদফম, পাইমা উবু নোংখোইরেল মক্তবনা পূর্ণ ভগবান মপুথেনগী খোইমোম সনা মখোংথাদা নিংজ থুংপাই লেংদকম অচেৎপা লৌশিং উবু তুংনরৈ, অথুপ্পা থমোই লাইমিং পেল্লরৈ, অরুবা প্রেম ঈথক খোংহৌরৈ, মক্তবা সনা থুম্না থম্বালনৈ অনিমক্তা পুক্লিং খুভম হোংদা, পাইজা থুংপাই থাদনা নিংজখিএ। মুখ মাগী চিনবাম্বোং মোইকাই থক্লে চুনা য়াং, অধর চিনবান ভাংখোইবা চিনবান মোইকাইরেং নিংখিবনা ঈশ্বর মপুরেনগী গুণামৃত মতিক অরুববু মোইকাই থোংজিল মবুক থন্, মতম পুংজা নাইদনা শোনজৈএ। শমু মাগী মথুদোন থুবাং চাংজৌ ভরামা নিংজা থবক তানফং থুং, চাংজৌ থুরুম য়োইথোন-থুং, চিঙ্গাক অহাও থংন-থুং, সেবা মরোই য়োইথোন-থুং, হকচাং ইন্দ্রি শেংন-থুং, থুং ভরামক্লা হরি লাইমরুগী মন্দির লাইশং

ভৈবনচিংনা থৌরম লৈবা থৈবিক্তা পুক্নিং অতন লৈতনা য়োইনা সেবা থৌগনজববু পুক্নিং থুবম হোংদনা তৌজখিএ হায়দত্রা ।

কোরৌ নোংজা খূদিংগী মালেম লৈমাই তৈ, হৈয়াং অশং য়েং, তাওজিং অমুন থল্লা, পানা লায়াং তৈ, হৈরাং শুংদাই থায়, হৈরুক তাজা শেম্, শিংগুল পরেং শেম্, থা শুংদাই থায়, য়েল্লম মথেন শেল্লা য়োইনা সেবা তৌজখিএ। অসিস্নুং মদোমদে। থাংয়িমা চেংচংববু ভেংথানবা-চা ময়ু তাওবুং থোংতৌবা সনা ঈদগী হুইথরকপা কামু অতোম্বা সনা ঈদা কাকবা। এলাংবম-চা চিগোং মপারি মপন পলেম মমা য়াংওয়োন লাইরেনবা চন্নু পাইমা সনা লিনগোইগী য়াইমা লবজ এলাংবম-চাস্নুং শুরু পাওতাক মতুং ইন্না পাইমা লৌশিং অথোইবা উনবী থমোই মিৎ অরুবনা তাইবং পোৎশক অরেপ্পা থরাই মমি-রেনগী থোইমোম লাইরমলেন অরুবদা য়াইবি তোননৌরি অশেংবনা থরাই লায়-মিং, মিংলেন অথুল্লবু থমোই কিশি লিয়োন চেৎ, চিংগু শামল লিকিননা উনবী চাচন চেৎ, থমোই লাইনিং য়াইথুংকমগী থোইরা লিনফু মরু ওইরিবা হরি তাইবং মপুরেনবু পাইমা উনগোই-মুংদা পুক্নিং হম্বোক লৈতনা হরিভক্তি অথোইবদা লমচৎ মহৌশাবু ওইনখিএ হায়দত্রা ? মতৌ অস্নুম তৌনা শানৌ মচিন্মনাও অনি-মক্তো উনবী পুকমাম্লনা হরিভক্তি অথোইবদা লমচৎ মহৌশাবু ওইনরমএ।

ঙাংঙোই মোইরামবা-চানা মশাবি থাংয়িবা-চাগা অনিমক্তো খুজং লৈকাই তিন্, য়ুমলেন নমঙাইননা শাইগং লোনশিন্নবা পাল্লমএ। পুক্নিং থৌজাল মায়োক্পা ভক্তি মর্য্যাদা কায়দনা পলেমবী মচা, পম্বোবা মচাগুম মরুপ লেংতিন্নবা লৈমিন্নরমএ হায়দত্রা ? চিংগু

লাইবক কবা অনিমক অহুনা লাংহৈ কুমশিং য়াম্লকলবদা কো হুমিং অমদা উনবী পুকমাম্লনা ৱাতানথিএ। ভাংঙোই মোইরাম চানা ইশাবি থাংগ্নি মচেংচংববু জেংথানবা-চাদা ৱাহমথিএ—হে ইশা পলেমবী মচাগুম্বা-ও, নশানৌ ঐগী কোলোই ইম্মাথংবু উনবী পু ভপ্পা নাত্তা-ও। অহল ইবিংঙাবু মতম ওই, মানবৈ চিংওম্লকলে শম্মু খোংকাপ অথা খুদিংদা লৈত্তোং খুদি য়াম্না মিংয়েং উম্লো থিরক্লে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নম্মু মীবু ওইনা পোক্লবা অসি তাইবং হকচাং অরেপ্পবু নত্তবগী য়োইময়াই লাইরেন তাওদনবা হুমিং শিংওনখিবা খুদিংদা থম্মু়ং য়াইথোং শিংগুবনা কোয়ৌ নোংব খুদিংগী শিংথানরিবানিগীনা তাইবং পুন্সি ইম্নাল্লে, অৱাং শিরু লুত্তোং লৈবু থিংলৌ নিংনা ত্তেনা অনৌবা অমরক হনৱাইফদবা পুংনে হুরেল শিগনি থংঙমদা, হয়েং নাগনি উঙমদনা পাম্লিবা পুংনে তাইবং নোংশাপান অসিগী পম্থৌ মপা-মচানচিংনা মপারি মুংচানবা মমোম মুংওলবী মনোংয়াই নাক্লৌ শিপবনচিংমা পাচা শাগৈ লোইন চাম্না পুম্নমক অসিবু হয়েং থম্মু়ং লাংওল-নোং শাৱা পনকেন-নোংদা চৈরৈ ফিৱাইরা ৱাইরা লমচেন ফিগুম অমন ঙাইয়োইনথিক্ফদে। তাইবং শিঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিংঙানে হায়ববু চেংলৌ মাংদা থানা শংশং মিংনা মউরিবা অহুনে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নম্মু মীওইবশিংনা লহান লাংওল অমরক্তা ভোজ লনওল মরিগী থোইমোম লনকু চৈরোইননা থৱাই মমিরেনগী য়াইবি লনতানথৌ অশেংবনা হয়েং লাংওল অমরক্তা য়াইফ মহৈ অথোইববু চাওথংনরুইএ হায়ববু তাইবং নোংশাগী পুরাণ লাইরিক অয়াম্বদা হায়রিএ। ৱারম অসি-দমক্তা থৱাই ঐথোয়গী ইমিরেনবু হয়েং লাংওল অমরক্তা য়াইফ মহৈ

ওইনবা একাদশী পঞ্চালী কৌবা য়ায়ী নুংঙাইবা পূণ্য মহৈ ওইবা অছুবু পোইরৈ মৈতৈরোন্দা শেংশেমহনসে হায়না অশুম য়াত্তাসবু মশাখীনা পুক্লিং হরাওখোই, নুংঙাই য়াইবি মতোল চোংনা ইশানৌ মোইরামবাচা-ও, নশাবি ঐস্নুং পাইমা উনগোইনুংদা নিংতমএ হায়না উনবী পুকমায়না য়াত্তানখিএ হায়দব্রা ? লোইয়ম নোংবানবা-চাদা য়াথং ভক্তি তৌনা খৌনেকচক্রসে হায়না শমু মংখোয়গী মখোং-খাবু ইন্তানলক্লে।

মাকলৌরেন লোইয়ম নোংবানবা-চা নংনা একাদশী পঞ্চালী হায়না কৌবা য়ায়ী নুংঙাইবা অসিবু পোইরৈ মৈতৈরোন্দা শৈশেঙ্গি-ও, নমু মীয়াম থুংনা নাত্তাসনো। নমান ইবিংঙাগী পুক্লিংনা পামজবা অসিবু উনবী পুক্লিং থু'না শংলৌ খৌরাংবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা কোলোই অমেংবা, য়াথং অনোনব', মতৌ অরুবনা হায়জখিএ —তৌইকুম মাকলৌরেন লোইয়ম নোংবানবা-চা নংবু গুরু ঐখোয়গী পম্বৌ লাইওইনরম্বা লোইয়ম নোংবান য়াছেংবা পণ্ডিত মকোই পাঙ-নিংশিংবা কোলোই মমিংখোংবু পোইরৈ সনা লৈবাক পুম্নমক্তা মিংলেন য়াইফখোইনা কোলোই মিং চৎলম্বা, শাস্ত্র বিদ্যা চিংউ লাইয়েক অয়াম্বদা বৃহস্পতি কোরৌ নুমিৎ শগোনশেলগুম লৌশিং লৈথল য়ামা পোইরৈ থয়াংবা য়ারি অচেৎপা, ইরেং পুরারী অরুববু শমু খুত্থুম চয়া নিংখৌ সনা চিনথংননা পোইরৈ শৈশেম তোয়রক্লবা অহুগী সেবক মপারিনে। গুরু খৌজাল মায়োক্লনা লাইজ ঔরেনপুংগুম লল কুবিরম্বা নৎতবরা ? নমান ইবিংঙাগী কোলোই য়াথং ফুংশিবা অসিবু উনবী পুক্লিং থুংহনবি-ও হায়না পাওমেনববু নাত্তারবদা হোইদা ইমান নবিংঙাগী কোলোই য়াথং নিংথিবা অসিবু পাইমা ঐবু শিলৈরোয়া

লৌশিং মখোং খংদরিএ হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা পাওখুমজখিএ। তৌইকুম গুরু ঐগী পহৌ লাইওইনবা অতুনা খমোই ঐগী লাইয়ুম মুংদা চংনা লৌশিং ফুমবংনরবা অসিবু নোংকাই শিঙাহাংকুমনা হাং-খোক্লবগা লৌশিং য়াথল শেংনা শৈশেমবিসনো হায়না পাওখুম্নবদা মমান অনিমক্কা উনবী পুক্লিং পেন্না নুংঙাই মরাং কায়না হারাওখিএ হায়দব্রা ?

লোইয়ম নোংখান থৌগাওজম-চা কুমুদানন্দগা নোংম্লাই নাওদরেম্বা ময়োইবা খুমনবা চা চাওবাতোন লাইশ্রম-চানা পদ অর্থ তৌ, অবুংজাও য়ুমাম-চানা কোংম্লাং বাপ্পি থেং, ওজা মাগী পহোপা ওইনবনা মুকমৈ নরিন শোম্না লোইদাম লাংবন থাগী পুর্নিমা য়াওবা থানিন নোং কোরৌ নিংথৌকাবদা একাদশী পঞ্চালী হায়না কৌবা পূণ্য মহৈ চেনবা বারী নুংঙাইবা অসিবু পোইরে মৈতেরোন্দা শৈশেমজরম্মনে।

হে সাধু মহাজন চিংঙু লাইবকফবশিং-ও, নখোয় পুম্নমক্কা পুক্লিং লাইজ ঈচিক নহোশানা ক্ষমা ধর্ম্ম তৌনা হন্না হন্না ঙাকপি-ও। য়ারম অসি মতুংগী থৌরম অয়াম্বা পুম্নমকপু ঈশ্বর মপুরেনবু তাংজা লুদা থোংনা একাদশী মহাব্রত অথোইবা অসিবু বেদ-পুরাণ শাস্ত্র পুম্নমক্কা মহাব্রত চাকহেন অথোইবনে হায়ববু খংদনা নমু কনাগুম্বনা তৌজরবদি অমরক হন্না নমু মীবু ওইনা পোক্লদরে। অম্রুম্বা একাদশী অরুবা অসিবু মুনি-ঋষি থৈবিক্না তৌরমএ। দ্বাদশী তরানিথোই পানবদা উনবী পুক্লিং হরাওথোইনা চাগদনে। নৈমিষারণ্য হায়না কৌবা বন অতুদা পুক্লিং হরাওথোইনা ফমফম্নবদা ব্যাস মুনিরেনবু পাওকৌরুবগা মুনি সভা পুম্নমক্কা পাওহংখিএ—হে মুনি অথোইবা-গু,

শমু নহকশাং অসিবু খোইমোম লাইবু নিংবদা মুনি লেংনা ত্তিনবা পুন্নমকপু হেল্লিবা অছুনে। শমু নহাকশাংবু পুণ্য মহৈ ওইরিবা বেদ-পুরাণ পুন্নমকপু মুনি নভোন্দগী ম্নারম অন্নাম্ববু চিংখোল্লিবা অছুনে। একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ অচৌববু মুনি নংনা খংলিবা মশেন্নে। চাকহেন মহৈ অখোইববু মুনি নচিল থম্বাল লৈওলখোক্তগী হায়বি-ও। মুনি লেংনা ত্তিনবা ঐখোয়না নাত্তানিংঙে। হে-মুনি অখোইবা-ও, শমু নহাকশাংবু নারায়ণ অংশা মহাকশাংগুম্বনে। একাদশী অখোইবা অসিবু ব্রত চাকহেন মহৈ অরুববু ম্নারম মথৈ ফংনা হায়বি-ও। চাকহেন অরুবা অছুবু নমু কনাগুম্বনা তৌজরবদি মহৈ করিগুম্ববু ফংজবনো। মভো অস্থম তৌরম্বা মী অছুনা খোরম রৈথার-রবদি ফত্ত মহৈ করম্ববু ওইবনো হায়না পাওহংববু ব্যাস মুনি খোইমোম লাইবু নিংবনা নাত্তারবগী হে মুনি অখোইবাশিং-ও, নখোয়না পাওহংবা অসিবু ম্নারম অখোইবা মহাক্লে। মুনি নখোর লেংনা ত্তিল্লিবা পুন্নমকস্মুং খোইমোম লাইবু নিংবা মশেন্নে। ধর্ম্ম পুণ্য পুন্নমকস্মুং মুনি নখোয়না খংলিবা অছুনে। তৌইকুম ম্নারম অখোইবা মহাকপু মুনি সভা নখোয়না পাওহং-লবনিগীনা ম্নারম মথৈ ফংনা ম্নাহম্নবগী উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। একাদশী ব্রত মাকমৈ অরুবা অসিবু কৃষ্ণ মহাকী চেংলো মশক ওইরিবা মহাক্লে হায়ববু লেপ্পা থংজৌও। লোইদাম থাবুম খুদিংগী নিম্মাং নিম্মুং অনিমক্তা খোক্লবা অৎুদি কৃষ্ণ মহাকী তত্ব অংশ মশক্লে হায়না মথংও। একাদশী তরামাখোইনি পানবনে হায়ববু থংদনা দ্বাদশী তরানিখোইনি পানবদা চাকহেন্নুরবস্মুং একাদশী মহাক্লে হায়না মপংজৌ-ও, মহৈ অমত্তনে। হে মুনি সভালেংনা ত্তিনবশিং-ও,

ৱাৱম অৱেপ্পা মহাকপু থোৱম মথৈ ফংনা পাওমেন্নককে, মুনি লেংনা তিল্লিবা নথোয়না উনবী পুক্নিং ভপ্পা নাতাবি-ও। ব্রত চাকহেন মহৈ অরুবা অহুদি মুনি ঐশুম্বৱু হায়দবস্নং কৃষ্ণ মহাক্নবু হায়ঙমদে। অস্মুম হায়ঙমদবা মহাকপু কৃষ্ণ থোজ্জাল মৱনকুদগী থজিত্তবু ম্ৰাহন্নককে। ৱাৱম মতোল লোন্নদি হায়ঙম্লোইএ। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু নমু কনাগুম্বনা উনবী পুক্নিং পান্না তৌজৱবদি মহৈ কনা হায়ঙমসিবনো ? হায়ঙম্লোইএ। মীওই মতৌ অহুম্না তৌরিবা মীশিংদো মপোক কয়ায়কীবু মহাপাপপু তৌরক্লবস্নং একাদশী ব্রত অমৱক্তা তৌজবনা মহাপাপপু কোকথৈনে। একাদশী মহাকপু মতৌ করম ওইবনো হায়ৱবদি দশমী তৱানি পানবদা থোক্লৱবদি অস্মুম্বা ব্রত চাকহেন অরুববু তৌগনে হায়ববু থংজৱবদি চারা অমৱক্তা চাগদনে। লেম্নে ভাবু চাকরোইএ। নিরামিষ ঈশিংভগা ঘীগা চাগদনে। মনামশিং অয়াম্বদি চাকরোই। অহুম চারিথৈদা কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ মৱম মরিমকপু লাপ্পা হুঞ্জেক-ও। পুক্নিং অশেংবনা শ্রীনারায়ণ কৃষ্ণ লাইমক্নবু নিংগদনে। কৌবা চিংম্নুংশোই শোরা থৈনা ওম্লকলবদা অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা ঈক্নজৱবগা পুষ্পগন্ধ-চন্দন মনম ম্নুংশিবনচিংনা ধূপ, মেক্রুক, থাওমৈ, চেং, থোইদিং, লৈ-চন্দন, হৈক্রুক, পানা-থা, ফল-মূল মহৈ মপান অসি থৈবিক্লা পঞ্চামৃত মৱম মভামক্লচিংনা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুৱেনদা উনবী শেংনা কংচথৈ, পাইমা পিবুংক্নুংদা নিংনা শোনগদবদি হে নারায়ণ, হে গদাধর, হে অচ্যুত, হে কেশব, হে অনন্ত, হে কমলানন্দ, হে মুকুন্দ, হে মাধব, হে যদুপতি, কৈতভ্যাভরি, হে মধুসূদন, হে কংসাহারি, হে গোবিন্দ, হে কৃষ্ণ, দৈত্যারি, হে গোবর্দ্ধন, হে দামোদর, হেঁ

ঋষিকেশ, হে মুরারি, হে যাদব মিংলেন শিদবা অসি থৈবিকপু শোন্না ধ্যান পুক্লিং.তপ্পা ঈশ্বর মপুরেনবু নিংজচৈনে। থোরম মতৌ অসুম তৌরিবৈদা কশী মকম অচিকপদা কম্না পুক্লিং মরাং কাই, নমু মীয়াম তিন্, স ভা মীয়াম কম্না শ্রীভাগবত গীতা অথোইববু কর্ণ নাকোং থোংজাওরেম্না নাতাচৈনে। পাইমা উনগোইমুংদদি ঈশ্বর মপুরেনবু নিংজচৈনে। মতৌ অসুম তৌনা কোরৌ নোংলেম্নচৈনে হায়দত্রা? অহিং থোয়েন তুমগন্দা, মিংম্নেং নাওশুমদনা হরি মিংলেন শোনচৈনে। ইমুং কোবা চাংমুং শোইরক্লবগা অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা চিনকুপ য়াথিল্লবগা লাইজ ঈরুজবদা বেদ লাইরিক্লা হায়রিবা মতুং ইন্না পূজা পোংলোই পুম্নমকপু উনবা পুক্লিং শেংনা লাংথংলবগা ষোড়স পূজা পোংলম তরেংথক্লচিংনা ঈশ্বর বিষ্ণুবু ইরাংকদনে। থোরম অহু মতুংদা দ্বাদশী তরানিথোইনি পানবদা লুক্লেন পম্না হান্না চারা অমরক্তা চাগদনে। চৌবর, শত্রং, লিকোল শাম্নরিবা পুম্নমকপু শান্নকরোইএ। নমু মীওই কনাগুম্বা অমত্তনা থোংববু চাকরোইএ। অমৃত অথুম্বা থৈবিকপু চাকরোইএ। তালোই লুমতিম্ননা কাংথোল কমজাও হিপকরোই। পামেল শোকবুম লিরোইত্তনা য়োইয়োই থাওবু চাকরোইএ। ঘাদা চাগদনে। থোয়েন তুমগন্দা, মিংম্নেং নাওশুমদনা হরি মিংলেন শিদববু শোন্না কোরৌ নোংলেম্নচৈনে। মতৌ অসুম তৌনা ব্রত চাকহেনজরবা মী অহুদি ঈশ্বর কৃষ্ণ কিগে সনা শেংলিবা মহাক্রবু মথা পোল্লিবা অহুনে হায়না ব্যাস মুনিরেম্না মুনি সভা লেংনা তিনবা পুম্নমক্তা ব্রাহ্মনবগী ঋষি লেংনা তিল্লিবা থৈবিক্লা অনৌবা অমরক হম্না য়াথং ভক্তি তৌনা পাওহংজ-থিএ—হে ব্যাস মুনি অথোইবা-ও, একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ

অচৌবা অসিবু কাওরবদি থৌরম মহৈ করম্ববু তৌরকপনো হায়না পাওহংজববু ব্যাস মুনিরেন্না নাত্তারবগী হে মুনি সভালেংনা তিল্লিব-শিং-ও, উনবী পুক্লিং ভপ্পা নাত্তাবি-ও। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রবা মী অহুশিংগী পাপ মতিক অচৌবদি মপোক লিশিং অমরকপু ভীল, কাং, য়াহি, মুমু ওইনা পোক্লেএ হায়বা অসিবু মুনি সভা নথোয়না থাজরোইএ।

থাইনা লহান মাংদা একাদশী ব্রত অরুবগী কায়থিবা নিংথৌ অমবু লৈরমএ। য়াহন্নককে, মুনি নথোয়না উনবী পুক্লিং ভপ্পা নাত্তা-ও। নিংথৌ মাগী শাগৈ মচেংপা মচাদি চন্দ্রবংশ কৌএ। কোলোই মমিংথোংদি চন্দ্রকেতু কৌএ। মশক-মণ্ডল মতিক চাওনা কোলোই মিংচৎএ। নিংথৌ মহাক্কী মহারাণীদি চন্দ্রাবতী কৌএ। য়াম্না নিংথি পুক্লিং হুইএ। চিংঙু ইন্দ্র সরারেনগী ইন্দ্রাণী, রোহিণী, রম্ভা অহুম-মরুবু চন্দ্রাবতীগা মান্নবা ওইদে। চন্দ্রাবতীগী মরমচৎপু লাঙ্গোই মোইশয়াগী শমু লমচৎননা স্বামী মপুরোইববু ভরা চাকহেন ওইনৈএ। সতী লমচৎননা হুকশাং থোইনা নৌহৌএ। উনবী পুক্লিং তপ্পা স্বামী মপুরোইববু ভক্তি সেবা তৌনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌনা সনা য়োইকোয়্ংদা লৈমন্নৈএ। কোরৌ হুমিং অমদা একাদশী মাকমৈ অথোইববু থোক্লরবগী চন্দ্রকেতু নিংখৌ-রেন্না মশানৌ চন্দ্রাবতী অহেনবীগা লোইননা একাদশী পোৎলোই নিংথিববু লাংথৎলবদা নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমক্তি রাজসভা মীয়াম ভিন্, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্না কয়া শ্রীভাগবত অথোইববু তানা কোরৌ নোংলেয়খিএ। হয়েং কৌবা চিংথুং শোইরক্লবদা অমুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইনবা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবী-

গা অনিমক লোইননা হৌগৎলরদা স্নান ঈরুজরবগা জপ-তপ মতম লোইরবগা ছমপুচানা চিল্লিবা পোলোই মশিং পুম্নমকপু লাংথৎপা লোইরবদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব সভা পুম্নমক্লচিংনা নিংথৌ মহাক য়াওনা কমকম্লবগা ব্রাহ্মণ বেদ লাইরিক হায়বনা লাইরিক মাংদা থানা শ্রীভাগবত অথোইববু থীরে। নিংথৌ-মহারাণী অনিমক্তি চৈরি কিডৌ শেৎনা সনা সিংহাসন্দা ফম্না শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনগা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীগা অনিমক্তি চেংলৌ মিৎপু লংনা নিংথি পুক্লিং ছুইএ। নিংথৌ মতিক চংথোনবনচিংনা রাজসভা মীয়াম ফম্না বেদ লাইরিক তারিঙৈদা চিংগু বিধি নোংদমথোনবু হেনফদবগী উনবী পুক্লিং শুম্না বুদ্ধি লৌশিং মাংলবগী মায়া কালমৃত্যু চংলক্লবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি শ্রীভাগবত অথোইববু থোইমা নমুক্লরে। মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি তাংজা মরু লুক্, উনবী পুক্লিং চেৎনা শ্রীভাগবত অথোইববু পুক্লিং থোইথৈ তানা নাতাজথিএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি কাম পুক্লিং মৈচাক তেনপাম্লবগী নিংথৌ শমু মহাকশাংবু ইন্দ্রি খুত্থম চম্লা পুক্লিং লাক-শিনববু ভমদরবগী সভা মীয়াম পুম্নমকপু উনবী নিংশিং লৈতনা মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীবু উনবী পুক্লিং থম্না মিৎয়েং শানথৈরে। নিংথৌ পুক্লিং লাংতক্লনা হে ব্রাহ্মণ লাইরিক থীরিবশিং-ও, নথোম্লবু শ্রীভাগবত গীতা অথোইবা অত্থবু য়োমশিম্লো হায়না য়াহম্বু নাতার-বদা ব্রাহ্মণ লাইরিক থীরিবশিংনা শ্রীভাগবত অথোইববু য়োমশিল্লে হায়দব্রা? চন্দ্রকেতু নিংথৌদি মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীবু শমু খুৎশম্লনা সনা য়োইকোম্লংদা হনজিনথিরে হায়দব্রা?

য়ারম অসি মক্লংদা চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীনা নিংথৌ

উমবী পুক্নিং থাংলবগী য়াথং ভক্তি তৌ, প্রেম ঈচেম্লনা হায়জখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, শমু নহাকশাংবু পূণ্য মতুম অথোইববু ওইরিবা-ও, পিজ পামুদা, পিনা হালয়েংদনা শুণ নত্তিক অচৌবনা কোলোই নমিং চৎলিবা হে নিংথৌ অথোইবা নংনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌমন্নরিবা অসিদা কর্ম্ম থোরম নৎতববু তৌরিবা অসিবু নিংথৌ নত্তিক নত্তে। একাদশী চাকহেন অরুবা অসিবু ব্রত চাকহেন খৈবিক্কী রাজা নিংথৌরেম্নে। চাকহেন অসুস্থা তৌরিখৈভেদি লোভ, মোহ, কাম, ক্রোধ মরম অয়াম্বা অসি খৈবিকপু লাপ্পা হুনলানখৈভেনে হায়না নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াথং ভক্তি তৌনা খুরমজখিএ—হে নিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা-ও, ঐবু তম্মম ননাই ওইরিবীনে। হে স্বামী ইপুরোইবা-ও, থবাই ঐগী ইমিরেনসুং নহাক্নে। রারম অসি থংনা কোরৌ মুমিৎ ভসি হয়েংদবু ভাকপিও। ঐনা য়াথং ভক্তি তৌজবা অসিবু পুক্নিং মতুং ইন্না লনকুবিও হায়ববু নাত্তারবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা হায়জখিএ—হে থবাই ঐগী চানবী-গু, নংগী রারম অহুবু অমরক হন্না হায়রগনো। কাম পুক্নিং মৈচাক ওইনবা অসিদা তিল থোইদিং মথায় মরুমদবু ভাকপা ভম্নরোইএ হায়না চন্দ্রকেতু নিংথৌরেম্না রাথল বিচার তৌহনা শমু খুৎভমখিনা শৃঙ্গার রসবু নিংথৌ পুক্নিং থুংনা চারবা মহাক্তবু চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু ধ্যান পুক্নিং কায়দনা মনিংএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি কোরৌ মুমিৎ অহুমখৈগী ধ্যান পুক্নিং কায়র-বনিগীনা আয়ু পুন্সি ময়েং তানা লাইথুং পোৎলুম চংনা কোরৌ নোংজা খুদিংবু অনা লাইথুং চাওথংলক্লবগী নিংথৌ অনা নাহে থোই, হকচাং মউ চোক্, চারম থক্কে নিংহন্না য়েন্নম মথেল য়াম্ববু চানিংদরক্নে।

পলেম পিশোল্লক পম্বৌ পাশোল্লকলে। থোইদৌ মিহুন চাওরক্লবগী একাদশী ব্রত চাকহেন অক্লববু কায়রবনিগীনা মহাপাপ অচৌবনা চাহৎলবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি মালং হুংশিৎ অকনবনা হুমথৎ-লক্লবগী শিংলি পাফল তিংনা থম্বাল লৈকা তেক্লা নোংমনথিরে হায়দ-ব্রা? মহাপাপীবু ওইরবনিগীনা মাগী দেশ লৈবাক অত্তুদা অলক্ষ্মী য়ৈথায়ববু থংলক্লবগী দমক নিত্তি ধর্ম্ম অথোইববু মাংথিরবদা লৈবাক রায়েল নাইদনা নম্ম কনাগুম্বগী ময়নবু মুম্মরক্লে। লক্ষ্মী লাইরৈমনা লৈতরবগী লৈবাক ময়েং তানা অমম থম্নে কুম্ববু য়ামশিল্লকলবনিগীনা গুরু সেবক থংনদা, য়াথং ওমজ-ডমথক নাইদনা ব্রাহ্মণ-পণ্ডিত পুম্মমকস্তুং নিত্তি ধর্ম্ম অথোইববু হুনজেক্লবগী অকর্ম্ম থৌরম নৎতববু য়াম্মা তৌশিল্লকলে। পম্বৌ মপা-মচা থংনদরে, নিংথৌ মাগী সনা য়োইকোম্মংস্তু মংলেন মতম মানগুম্নে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ মহাকস্তুং মহাপাপী ওইরবনিগীনা থরাই মমিরেনবু যম মখুবাক্তা চনথিরে হায়দব্রা? চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীস্তুং চিংগু বিধি নোংদমথোনবু হেনক্দবগী সতী লমচৎনা, ধ্যান পুক্লিং কায়দনা নিংথৌ মতুং ইম্না নোংমনথিরে হায়দব্রা? চন্দ্রকেতু নিংথৌবু য়াংলৌ লমথাংদা ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী য়াথং মতুং ইম্না যম থোংলোই ফত্তবশিংদো শমু মহাকশাংবু হকশাং মওং নাইদা তাংজা মরাইবকস্তুং খুইএ, চেংলৌ মমিংস্তু ঙাংএ, শমু মহাকশাংবু শরা তুরৈ হঙ্গৎনা পালএ। হকশাং মতু চোম্না পুক্লিং অকীবা মশক ওইরিবা অত্তুশিংনা য়োংগুক, হুংগুক অনিমকপু শমু খুত্তা গুনা শউন থৌরীনা চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনবু পুন্নরবদা চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীগা অনিমকপু যম মথোংজিন্দা পুশিনথিরে।

ধৰ্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চন্দ্রকেতু নিংথৌবু উরবদা চিত্রগুপ্তবু রাংনা পাওকোরবগা পাওহংখিএ—চন্দ্রকেতু নিংথৌগা চন্দ্রাবতী মহারাণীগা অনিমক অসিনা কর্ম্ম থৌরম করম্ববু তৌরকপনো ? রারম মথৈ কংনা মাগী মাগী পাপ পুণ্য মরম মথন্না রায়েল বিচার থায়না হায়-ও হায়না ধৰ্ম্ম নিংথৌরেন্না পাওহংলবদা চিত্রগুপ্তনা পাওথুমখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, রারম মথৈ কংনা হায়রকে। উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাবি-ও। চন্দ্রকেতু কৌবা নিংথৌ অসিবু থাইনা লহান মাংদা পুণ্য ধৰ্ম্ম রান্না তৌরমএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিগা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীগা অনিমক অসিবু থাইনা লহান মাংদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌনা পাইমোম লাইবু নিংলমএ। প্রজা লৈবাক পুম্নমক্তা পিজ পামুদা, পনা, হালেংদা লৈবাক পুম্না য়োকএ। ধ্যান পুক্লিং কায়দনা মতম নোংশাং কুইনা ব্রত চাকহেন অরুববু তৌরমএ। কোরৌ নোংজা খুদিংবু রাজ-সভা মীয়াম তিন্না শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। পুণ্য হকওইশাংনা ভক্তি লমচৎ-নরমএ হায়না পাওতাক্লবদা হে নিংথৌ অথোইবা-ও, চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিনা মহাপাপ অচৌববু ওইবা অমবু নিংথৌ শমু মহাকশাংদা মরৈরে। পাপ মতৌ করম্বনো হায়রবদি নিংথৌ চন্দ্রকেতু অসিনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌনা শ্রীভাগবত অথোইববু সভা মীয়াম তিন্না নাতাইএ। নিংথৌ মহারাণী অনিমক অসিস্থং সনা সিংহাসন্দা ফম্না প্রেম-ভক্তি চৈরোইননা অম্নম নাস্তাংরিভৈগী মতম কাল অহুদা চিংগু বিধি নোংদমথোনবু হেনফদবগী নিংথৌ শমু মহাকশাংদা বিম্নি য়েথায়ববু চংলক্লবগী নিংথৌ থমোই লকামুংদা কাম-মায়া ভেনপান অকনবনা পান্নবগী সভা মীয়াম তিম্বা পুম্নমকপু

থোইমা নামুরুনা পাওমেল্লকএ—হে ব্রাহ্মণ বেদ লাইরিক হায়রিবা-ও, শ্রীভাগবত অথোইবা অছুবু য়োমশিল্লো হায়রম্লবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিনা চন্দ্রাবতী মহারাণী অসিবু শমু খুৎশম্লনা সনা য়োইকোয়ুংদা চংলক্লবদা নিংথৌ পুক্লিং থংলবগী য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জববু হোইয়ারিবদনা শমু খুৎওম থিনা উনবী পুক্লিং থুংনা শৃঙ্গার রস চারবগী লৌশিং য়াথল লৈতনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রকএ। চন্দ্রাবতী মহারাণী অসিদি সতী লমচংননা পুক্লিং খুভম হোংদনা ধ্যান পুক্লিং কায়রক্কে। নিংথৌ মতোমতনা মহাপাপপু তৌরকএ হায়না পাওতাক্লবগী ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা নাতারবগী হে চন্দ্রকেতু নিংথৌ-ও, মহাপাপী ওইবা অসিবু করম তৌরকপনো ওহোকএ। নংগা মায়ববু সংসার পুম্নমক অসিদা মহাপাপ ওইববু কনা লৈতরবা অছুনে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অছুবু কায়রবদি বেদ পুরাণ পুম্নমক্কা হায়রিবদি নমু মীবু ওইনা পোক্তরে হায়রিএ। থৌরম মতৌ অসুম তৌরবা মহাক্তবু লহান মাংদা পুণ্য মহৈ তৌরগা অতুনা পোম্বী লংজাগী মপোক ওইনা পোকলু-ও। আহার নংগী নচিক্লাকপু কাওরেন যণশা চানা প্রাণ থরাই ভাক্লরু-ও হায়না য়াহম্লবদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীবু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না কৌশিন্দনা পাওমেল্লকএ—তাও, তাও, হে চন্দ্রাবতী-ও, ঐনা হায়বা য়ারম অসিবু নিংথৌ নংগী নপুরোইবা অসিদি লংজা মপোক ওইরুথিসনু। হে মহারাণী অহেনবী, নংদি মালেম ভাইবংপামবদা অমুরক হন্না নমু পোংবু ওইনা পোকলু-ও। শমু নহাকশাং অসিবু সতী লমচংনবগী মহাপাপপু ভিল থোইদিং মথায়মরুমদবু লৈতে। নিংথৌ নপুরোইবগী মহাপাপ মতুং ইন্না লোইনরকপনে। অসুম লোইনরকপস্থং শমু নহাকশাংদা

মহাপাপপু লৈতে। জাতিস্মরী মপোক থংনা রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলু-ও। অসুম পোক্লবদা নংগী সতী ধর্ম্ম নতিক গুণ অচৌবনা নিংথৌ নপুরোইববু অমুরক লানবিরো। হে চন্দ্রাবতী অহেনবী-ও, ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌ ঐগী কোলোই ইরাথং মাংফরোইএ হায়না পাও-মেনববু নাতারবদা নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমক্তি যম মথোংজিন্দগী শমু খুৎশয়না হনবাইরক্লবদা য়াংলৌ লমথাংমদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা কোলোই অমেংববু য়াথং ছিকহায়ননা প্রেম-ভক্তি চৈরোইননা য়াথং লৈশি-লৈথোম্না পাওমেল্লকএ। হে নিংথৌ ইপুরোইবা-ও, থম্নাই ঐগী ইমিরেনগী লল ওইরিবা-ও, বিধি নোংদমথোনবু হেনফদবদগী থোক্লরবনে, পুক্নিং করি য়াক্লরগনু হায়রবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা মশানৌ চন্দ্রাবতী অহেনবীবু য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—হে মহারাণী নিংথিবী-ও, নংদি সতী পুক্নিং লেপ্পা ধর্ম্ম লমচৎ কায়দনা পুণ্য হকশাং ওইবগী ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা ভাইবং নমু পোংবা চাগী রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলু-ও হায়রকএ। ঐদি লহান নংগী কোলোই নয়াথংবু য়ারম চানদবগী মহাপাপপু ওইরবনিগীনা পোশ্বী লংজা মপোক ওইনা পোকলু-ও হায়রকএ। হে ইবেমা-ও, নংগী নতিক গুণ অচৌবনা ঐবু অমুরক হয়া লানবিরো হায়ববু নাতারবদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা পাওথুমখিএ। হে নিংথৌ ইপুরোইবা-ও, লহান নংগা ঐগা নিংলম্বা একাদশী ব্রত অক্লবগী মপু ওইরিবা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেন মহাক্কী মরনকুদগী তয়ুম ননাই ওইববু ওন্দনা লল কুকিসমু হায়না য়াথং মুংওল-মুংশি য়াবু হায়নখিএ।

চন্দ্রকেতু নিংথৌদি পোশ্বী লংজা মপোক ওইনা চংখিরে। ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না কাওরেন মপশা চানা নিত্তি

লমচৎ ওইনথিএ হায়দত্রা ? চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি মালেম তাইবং-পানবদা নমু পোংগী রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোক্লরে। চন্দ্রকেতু নিংথৌনা শুন্দলী লৈবাক কৌবা অহুদা লৈথিরে। চন্দ্রাবতী অহেনবী-দি বিদর্ভ নিংথৌরেনগী লৈবাক মুংঙাইবদা নিংথৌমচা ওইনা পোকলু-রবগী মচা সিজ ওইনা লৈথিএ। শুন্দলী লৈবাক কৌবা অহুগা বিদর্ভ লৈবাক মুংঙাইবগা লৈবাক অনিমক্কা লাপ্পবদি মুথক লিশিং অমা লাপ্লেএ। চন্দ্রাবতী মহারাণীদি লহান মাংগী জাতিস্মরী মপোক খংনা মরৈরবগী মপুরোইবা চন্দ্রকেতু নিংথৌবু ধ্যান পুক্লিং কাওদনা মরৈরিএ। মানা নিংবা লাইনিংদি লহান মপোক অমরক্তা তৌরকপা একাদশী ব্রত অরুববু তৌথৎলক্লে। সতী লমচৎননা খেলা-লীলা শান্নবনচিংনা মতা খুলপোইদা, মনম হেকমাই কানা শান্না তৌইতাও য়াওরুদনা ফম্বী মফম অচিকপদা ফম্না নিংথৌ মপুরোইববু ধ্যান পুক্লিং কায়দা, উনবী পুক্লিং লেপ্পা নিংদনা মরৈরবগী মতৌ অহুবু উরবদা থোইনৌ মতারোইনা তিনবীশিংনা পাওমেল্লকএ। হে নিংথৌমচা ইবেম্মা-ও, নংনা শিঙেল লৈ চিন্দা, নত্তা খুলপোইদা, পানম হেকমাই কাদনা চৈরৈ নিংথিবা মানলৌ চুনববু শেৎতনা শিঙেল নচু থাও, লৈরাং নরাক চান্না, শান্না তৌইতৌ য়াওদরিবা অসিবু করিনৌ হায়না পাও-হুংববু লৈমা নিংথিবী অহুনা পাইমা মাগী উনগোইমুংদা পুক্লিং মৈচাক পোৎলুম পুরিবনিগীনা কোলোই পাওথুম পিরক্তববু উরবগী বিদর্ভ নিংথৌরেম্না পাওহংলকএ—হে ইমোম ইবেম্মা-ও, নংনা তৌরিবা অসিবু পম্বৌ নপা ঐনা খংবা ঙমদরে। নিংথৌ ঐগী সনা য়োই-কোম্নুং অসিবু চিংঙু ইন্দ্র সরারেনগী সনা য়োইকোম্নুংগুম্বনে। সনা-লুপা-হেরা-মণি-মুক্তানচিংনা লৈস্বিবা অসিবু পুক্লিং করি য়াৎপগী পুক্লিং

চিন্তা তৌনা করিগী পাওখুমদরিবনো হায়না পাওহংখিএ। নিংথৌ ঐগুম্বগী ইচাদি ননাই-নশন, সনা-রূপা, ফিগে-ফিরাং মশিং খিঙমদনা লৈরিএ। চৈরৈ নিংথিববু শেৎভনা থোইনৌ নত্তা লেংনা ত্তিনবীশিংগা পুক্লিং হরাওথোইনা শান্নভেনে। করিগী শান্নদনা নিংথৌ ঐনসুং ঙমদবা থৌবু একাদশী ব্রত চাকহেন অক্লববু নংনা তৌরিবা অসিবু নমু কনাগুম্বনা পাওত্তাকপনো? হকচাং ময়েং-ত্তা, মাইথোং চরম কং, শিঙেল লৈ চিন্দা, চিন্তা পোৎলুম পুনা চৈরৈ নিংথিবা, লিক্লাং কোলকাবা অসিবু করিগী শেৎভবনো থুনা পাওত্তাক-ও। নপন ঐবু হে ইমোম নিংথিবী-ও, চেংলৌ নশক য়েংবদা মুংশি পুক্লুং চংনা মুংওল থোইবু কাইএ হায়না পাওহংববু নাত্তারবদা নিংথৌমচা নিংথিবীনা মুংশি থোঞ্জেল মুংনৌ চৈরোইননা পোম্বী কোকিল থোনদানা কোলোই অমেংবা য়াথং অথুম্বনা পাওখুম্নকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোই-বা-ও, ননাই ঐনা তৌবা থৌরমবু কদৌবা হংবনো? মানা মানা নিংবা পুক্লিং মতুং ইন্না তৌজরিবনে হায়না পলেম-পম্বৌ অনিমক্কা য়াথং ভক্তি তৌনা পাওখুমখিএ। অসুম পাওখুম্নবগা লৈমা চন্দ্রাবত্তী নিংথিবীদি নিত্তি লমচৎ মহৌশাবু কান্নদনা সনা য়োইকোক্লুংগী কম্বী মকম মহৌশাগী অচিকপা অত্থুদা পুক্লিং মহৌশাবু ধ্যান লাইনিং কান্নদনা মরৈএ। গুন্দলী কৌবা লৈবাক্তা লৈরিবা চন্দ্রকেতু নিংথৌদি মহাপাপ অচৌবা অত্থুনা লৈমা মশানৌ চন্দ্রাবত্তী নিংথিবীবু পুক্লিং নিংশিং লৈত্তনা কাওরেন যণশা চানা মুংভাই মরাং কান্নন মরৈরে।

বিদর্ভ নিংথৌরেনদি মমোম লৈমা নিংথিবীনা কোলোই পাও-খুম্নদনা লৈরিবনিগীনা উনবী পুক্লিং ঙক্, মুংবং ঈরৈ চন্না পাইমা

উনগোইন্নুংদা নিংথলখিএ। ইমোম অহেনবী অসিবু যুবতী মথোক কায়ক্লে, পুক্লিং মতাংনবা কনাগুম্ববু লৈরিগত্রা হায়না য়াখলখিএ। য়োইবু মশানৌ মহারাণীগা অম্মুম য়াতাম্নরবদা পলেম-পম্মৌ অনিমক্তি মমোম নিংখিবীগী শমু নাক্তা চংলক্লনা কোলোই নিংথিবা য়াখং অমেংবনা পাওহংখিএ—হে ইমোম ইবেম্মা-ও, নপন ইবিংঙানা পাওহংবা অসিবু পাওথুম্নক-ও। পাইমা নংগী উনগোইন্নুংদা পুক্লিং নাতানববু লৈরবম্নুং থংহল-ও। পুক্লিং অহুগুম্ববু লৈতরবদি নপন ঐনা শিংঙল নত্তিক্লা লৈরাং নপানবা আহু নিংথৌ কোবা অহুগী মচাবু নপা ঐনা কৌরুদনা কন্যা বিবাহ লুহোংবিগে হায়না পাওহুংল-বদা মমোম চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা কলচাও মুংশি প্রেম চৈয়োইননা থোইমা নামুরুনা পাওথুম্নকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নচা নংনা পোকপদা কোলোই য়াখং অম্মুম্না পাওহংবদি ছোনদে। নমোম মংনা পোকপনে হায়না য়াখং য়ারম ইত্তিরুদববু করি পাও-হংবনো? ঐগী থৱাই ইমিরেনবু ওইরিবা নিংথৌ ইপুরোইববু লৈরিএ। অহু লৈরিঙৈদা হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ নংনা আহু কোবা নিংথৌগী মচাবু কৌরুদনা বিবাহ লুহোংবিগে হায়বা অসিবু য়াখং অমরক হুম্না হায়বিগনো। ঐগী নিংথৌ ইপুরোইববু লৈএ হায়বা অসিবু সংসার পুম্নমক্লা থংলিএ। হে ইপা নিংথৌ-ও, নমাং শংশংবা অসিদা য়ারম মথৈ ফংনা হায়রক্কে। উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও। ঐনা হে ইপা নিংথৌ-ও, নংগী নচা ওইনা পোক্লবা অসিদি শিরাপ মীচৈনা পোক্লবনে হায়ববু নাতারবদা বিদর্ভ নিংথৌরেনদি লৱাই মাগী কোইরেনথক্তা কোরৌ নোং-শিংজংনা তারকপগুম উনবী পুক্লিং গুক্লা নিংথলখিএ। মমোম নিংখিবী অহুদা য়াখং অমরক হুম্না

পাওহংথিএ—হে ইমোম নিংথিবী-ও, নপন ঐনা বিবাহ লুহোংথিববু লৈথিদরিএ। নংনা নিংথৌ নপুরোইববু লৈএ হায়বা অসিবু য়ারম করিদগীনো ? থৌরম অমস্থুং নংনা নপন ঐভোন্দা শিরাপ মীচৈনা পোক্লকএ হায়বা অসিবু য়ারম মথৈ ফংনা হায়বি-ও হায়রবদা মপন কোলোই ময়াথংবু নাতারবদা হে পন্থৌ ইপা ইবুংঙো-ও, পাইমা পুক্লিং তপ্পা নাতাবি-ও, থৌরম পরেং শিন্না পাওতম্লককে। ঐগী ইপুরোইববু চন্দ্রকেতু কৌএ হায়ববু সংসার পুন্নমক্লা থংলিএ। শাগৈ মচেংপা মচাদি চন্দ্রবংশ শাগৈরেম্নে। শমু মহাকশাংবু পূণ্য মতুম ওইএ। প্রজা লৈবাক পুন্নমকপু পিঙ্জ-পামুদে, পিনা হালয়েংদে ; মতিক সমুদ্র ঈরেনপুংগুমএ। কোরৌ নোংজা খুদিংবু একাদশী ব্রত অক্লববু তৌনা শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। জপ-তপ-হোম-যজ্ঞ তৌনা ঈশ্বর মপুরেনবু ধ্যান পুক্লিং লেপ্পা তৌরম্বা অহুগী পাতেশ্বরী মহারাণী ওইরম্ববু ঐনে। কোলোই ইমিংথোংবু চন্দ্রাবতী কৌবদি ঐনে। অহুগুম্বা নিংথৌ ইপুরোইবা অহুগা একাদশী ব্রত অচৌববু তৌরমএ। অস্তুম তৌমিন্নরকপদগী চিংডু বিধি নোংদমথোম্না ব্রত চাকহেন অক্লববু কায়রবনিগীনা মহাপাপ অচৌবনা চাহংলবগী যম মরৈবাকপু ইস্তানথিরবদা ঐগুং চন্দ্রকেতু নিংথৌ ইপুরোইবগী মতুং ইন্না নোংমল্লবগী যম থোংলোই ফত্তবশিংনা নিংথৌ ইতৈ-ইনাওবু শউল থৌরীনা পুন্না ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী শমু মাংদা থানা পুশিল্লবদা ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চিত্রগুপ্তবু কৌক্লরদনা পাওহংথিএ। হে চিত্রগুপ্ত-ও, মবিংভাগী পাপ-পূণ্য মরম থান্না হায়বি-ও হায়ববু নাতারবদা চিত্রগুপ্তনা পাওমেল্লকএ – হে নিংথৌ অথোইবা-ও, চন্দ্র-কেতু কৌবা নিংথৌ অসিবু মহাপাপপু য়াম্না তৌরক্লবা নিংথৌনে।

মানা তৌরকপা থৌরমদি একাদশী ব্রত অরুববু কায়রক্লবগী শমু মহাকশাং অসিবু মহাপাপ অচৌবা অহুনা হায়বা ওমদরবা অহুনে। মাগী মুপী অসিদি সতি লমচংনবগী মহাপাপ অরুববু লৈতে হায়ববু নাত্তারবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না হায়রকএ—হে চিত্রগুপ্ত, নংনা হায়রিবা য়ারম অসিদি চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিদি অপরাধ লংজবনা মহাপাপ অচৌববু ওইরবনিগীনা পোম্বী লংজা ওইনা পোক্লুরসনো হায়খিরবগী পোম্বী লংজা ওইনা পোকখিএ। ঐদি বিদর্ভ নিংথৌ নঙোন্দা পোক্লু-ও হায়না পোক্লবা অসিনে হায়রবনে থংও। হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, য়ারম শোরিববু নত্তে। কোলোই য়াথং অচুম্বা মহাক্লে, লেপ্পা থাজৌ-ও। হৌজিক্তি নিংথৌ ইপুরোইবনা লৈবা গুন্দলী লৈবাক কোবা অহু তাম্না হে ইপা নিংথৌ অথোইবা-ও, থুনা থিনবিও, য়াথং অরেপ্পা মহাক্লে। অহুবু থিনবিদরবদি পলেম-পম্বৌ অনিমক-ও, নবিংঙোগী নমাং শংশংবা অসিদা ছুরি ইথুংশুনা থম্মোই ঐগী লকামুংদা থিন্দনা নোংমল্লগে। নচা হাৎপা মহাপাপ অথোইববু পুঞ্জগনে হায়রবদা মচা য়াথং অরেপ্পা অহুবু নাত্তারবদা নিংথৌ—মহারাণী অনিমক্তি উনবী পুক্লিং শুক্লা লৈবাক পাত্র-মিত্র অওম্বা পুন্নমকপু পাওকৌথৎলে।

লৈবাক পুন্না তিল্লবদা মমোম চন্দ্রাবতী নিংথিবীগী কোলোই ময়াথংবু য়াথং পরেং শিন্না পাওতম্লবদা বিদর্ভ নিংথৌ অথোইবা পাত্র লৈবাক কোয়বাশিং-ও, য়ারম মত্তৌ করম তৌসিবনো হায়না পাও-হংববু নাত্তারবদা লৈবাক পাত্র অওম্বা পুন্নমক্লা পাওথুম্লকলে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নমোম শিজ ইবেম্মা অহুগী নিংথৌ মপুরোইববু পোম্বী লংজা ওইখিএ হায়বদি কনানা থং সিবনো। থংঙমোইএ।

লৈবাক নিংথৌ পানবা থজিত্তক্সুং য়ারম অমুক্ষদি তাথোক্ত-রিএ। তাইবং নমু পোং ওইবনা পোম্বী লংজাবু মওইএ হায়রবা অসিবু উনবী পুক্লিং য়াথলজরুদে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নমোম ইবেম্মা অত্নগী চিলোই ময়াথংবু লৈবাক মীয়াম তানা য়াথলনসে হায়না পাওথুয়বদা বিদর্ভ নিংথৌরেম্মা হায়রকএ—হে পাত্র অভয়া-শিং-ও, ইচা শিজগী নিংথৌ মপুরোইবদি গুন্দলী লৈবাক অত্নদা লংজা মপোক ওইনা লৈরিএ হায়রবু লেপ্পা ঐনা থংলে। য়ারম অচুম মহাক্কে। তৌজিক্কি লৈবাক অত্নবু য়ৌনা থিনবিদরবদি ছুরি মখুৎ-শুনা থম্মোই লকানুংদা থিয়া নোংমল্লগে হায়না য়াশক্লে হায়রবু লৈবাক অয়াম্বনা নাতারবদা হে নিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা-ও, নচা ইবেম্মা নিংথিবীনা প্রাণ থয়াই থানা নোংমল্লগে হায়বা অরেপ্পবু ওইরবদি শামী-লাম্মী পুম্নমক্কা নচা ইবেম্মা নিংথিবীগা লোইননা লৈবাক অথাপ্পা পোম্বী লংজানা লৈরিবা অত্ন তায়া চৎহনসে হায়না লৈবাক অভয়া পুম্নমক্ক নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াতানথিএ। বিদর্ভ নিংথৌরেনদি উনবী পুক্লিং থুংনা হরাওথিএ হায়দত্রা ?

মন্ত্রী অভয়চিংনা মমোম চন্দ্রাবতী অহেনবীগা লৈবাক পুম্নমক্কা লোইননা গুন্দলী লৈবাক তায়া চৎকদবগী থেনলেন পুংজা থম্নবদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি মপা নিংথৌ, মমা মহারাণী অনিমকপু য়াথং লৈশি-লৈথোয়না ভক্তি প্রেম চৈয়োইননা য়াথং ছিকহায়ননা শরেন য়েং-ওই তরেংলক কোয়না খুরম্নবগা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, হে পলেম ইমা মহারাণী অথোইবী-ও, পলেম-পম্পৌ নবিংভানা নমোম ঐগী উনবী পুক্লিং থুংনা য়াইফনবা পুক্লিং মতুং ইন্না নিংজরিবা অসিবু নিংথৌ

ইপুরোইববু চেংলৌ শকউনববু য়োন্দনা ললকুবি-ও হায়জখিএ। মমোম নিংথিবী অছুগী চিঙ্গোই ময়াথংবু ভারবদা বিদর্ভ নিংথৌরেনগা য়োইবু মশানৌ মহারাণীগা অনিমক্তি মমোম নিংথিবীগী চেংলৌ মশক য়েংনা মুংশি পুক্লিং কায়, মুংওল থোইহোৎ থম্মোই মৈচাক থোইনা মিকপথিএ। হে ইমোম চেংলৌ শকহেনবী-ও, নংবু মাইকৈ অত্তাম্বা লমদম অথাপ্পা কদায়রমদা চৎখিগে হায়বনো হায়না প্রেম ঈচেয়না হেকভাই মুংয়েংচেংনবু, মিকপথিএ হায়দত্রা ?

য়ারম অসি মতুংদা মমোম চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি সনা দোলাই নিংথিবদা ভোংথংলবগা লৈবাক মীয়াম পুম্নমকপু ভাইরোইননা যাত্রা থোংশান্নকলে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপুরোইববু চেংলৌ শকউনগে হায়বগী গুন্দলী হায়না কৌবা লৈবাক অছুরমদা মালং অয়াংববু চৈরোইননা অহিং মুংথিল নাইদনা ইস্তানথিএ হায়দত্রা ? গুন্দলী কৌবা লৈবাক অছুদা য়াইথুংলরবদা মন্ত্রী-পাত্র-অঙম্বনচিংলিবা সেনা লাম্মী অয়াম্বাশিংনা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদা পাওহংথিএ—হে নিংথৌ মচা ইবেম্মা-ও, গুন্দলী লৈবাক্তি য়োরক্লে। নিংথৌ নপুরোইবনা লৈবদি লমদম কদায়রাইদনো হায়না পাওহংলবদা চন্দ্রাবতী অহেনবীনা পাওখুম্নকএ—হে ইপু মন্ত্রী অঙম্বনচিংলিবা সেনা লাম্মী অয়াম্বা হে ইপুশিং-ও, য়েংও, য়েংও,—শমু ঐনা খুৎনা থিনবারম মিৎয়েং শানথৈ-ও। চৌংলেন পনলংলাগী মতমগুম্না উরিবা উমং অচৌবা থোংনাং চাওথোইবা অছুগী ভলা উথোংথাবু য়োৌনা দোলাই থুনা পুশিনবি-ও। পামেল উত্তোনথক্তা নিংথৌ ইপুরোইববু লেপ্লা লৈঙমভৈনে হায়না পাওতাক্লববু নাত্তরবদা মন্ত্রী অঙম্বা মহাক্না শামী-লাম্মী পুম্নমকপু থুনা থৌজিনখিরবদা পামেল উমংলেন অছুগী ভলা উথোংথাদা য়াই-

থুংলমবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বী লংজা ওইনা পোকলুবা অদুদি পামেল উত্তোনথক্তা লৈঙম্ববু মন্ত্রী অঙম্বনচিংনা শাম্মী-লাম্মী পুম্নমক্তা চেংলৌ মিৎপু থিৎনা মিৎয়েং শানথৈরে। চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি থরাই মাগী মমিরেন নিংথৌ মপুরোইববু লৈঙম্মবগী পুক্লিং থম্মোই কায়না সনা দোলাইথক্তগী মালেম লৈদা তানা রাম্থখিরে হায়দত্রা ?

হাইহৎ লৈফাই তুক্লবদগী উনবী পুক্লিং শিংলক্লবদা মালেম লৈমাইথক্তগী হৌগৎলক্লবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপুরোইববু চেংলৌ মিৎনা য়েংনা য়াথং লৈশি-লৈথোনজখিএ—হে ইবুংঙো নংবু চন্দ্রকেতু কৌবা অদুনে। পোম্বী লংজা ওইনা পোক্লবগী নমু মীরোন থোক্ত-রবস্মুং চেক্লা নহৌশাগী য়াবা নথোঞ্জেনবু থোক্লা পাওখুমবিরক-ও হায়রম্নবগা তাংজা মশম ফা, শম্লাং ফাদাননা প্রেম চাইজি মরাং হৌ, হেকতাই মুংয়েং চেংনা, মুংওল থোইবু হোৎনা মালেম লৈমাইথক্তা অমরক রাম্থখিরে। য়াথং অনৌবা অমরক হন্না পাওমেনজখিএ— হে ইবুংঙো থরাই ঐগী লল ওইরিবা নংবু চন্দ্রবংশ শাগৈরেন্দা নিংথৌ নতিক গুণ অচৌবনা মুমিৎ য়াইরংচানগুম ডান্না সংসার পুম্নমক্লা থংলিবা অদুনে। হে ইবুংঙো, নংগী নতিক-নডান অচৌবা, রূপ-গুণ চংথোনববু হে ইবুংঙো, নংবু ঐনা হায়জবনে। চন্দ্রাবতী কৌবী ঐবু লহান নংগা পানমম্নভৈগী পাতেশ্বরী মহারাণী ওইরম্বী অদুনে। হে চন্দ্রকেতু কৌবা নিংথৌ ইবুংঙো, তা-ও, করম্না থোকাওরবনো কল্লকএ। য়োইবু নশানৌ ঐদি নংগা ঐগা থায়নভৈগী মথৈবু মুংশি-মৈচাক থম্মোই তেনপাম্নবগী হকশাং ইয়েং তা, থোরি ঙকোই চেং, চাইরুং মচি রাংনা হে ইবুংঙো নংগী শমু নথোংথাবু য়োনা ইত্তানজরকপা অসিদা পোম্বী উচেক ওইরম্নবগী নমু মীরোল থোক্তনা কোলোই

পাওখুম ওমদবা অসিবু মতৌ করম তৌসিবনো কল্লকএ হায়না মিকপথিএ। হে ইবুংঙো-ও, নংগা ঐগা থায়নথিববু চহি কুনত্তরেৎ ওথিরববু ওসি কোরৌ মুমিৎ অসিদা চেংলৌ শকউনববু কোলোই করিগী পাওখুমবিদবনো ? নশানৌ ঐদি, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুম্না থম্বাল নিংথিববু তানফংজরে হায়না য়োইবু মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি তাংজা মশমজিবু শম্লাং ফাদাননা থিক্লেন থাবু ফুনা মালেম লৈদা ওম্না মিকপ্লবদা য়াথং হিকহায় হিকহায়ননা হে ইবুংঙো নংবু পোম্বী মশক ওইনা লৈঙম্লবনো কল্লকএ হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুমজথিএ। চন্দ্রাবতী অচুম্বীদি প্রেম ঈরাং হৌবনা হকশাং পুম্না চোৎ, শিঙেল লৈনা খুইগুম্না মিকপ্পবু মুংশি মথৈ লৈতা, মুংওল মতৌ ওম্বোকপা অহুবু পোম্বী লংজা চেক নিংথৌনা নাভারবগী লহান মাংগী জম্ম মপোক অমরক্কী খোরম তৌরম্বা থৈবিকপু নিংশিংল্লুরবগী পুক্লিং থম্মোই কায়, প্রেম ঈচেম্লনা পামেল উতোনথক্কী সেনা লাম্মী অম্নাম্বগী শম্মু মমাং শংশংবদা মালেম লৈদা তারক্লে। চন্দ্রাবতী মরমচৎ অহুনদি ভৃঙ্গ থোইমু লৈপাম্বগী মতমগুম্লে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বী লংজা ওইরিবা অহুনা থম্বাল লৈরিক অথুম্বগী লৈরাং মতম মানগুমএ। নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমক্কী প্রেম মুংশি চৈরোইনবা অসিবু গোপী-চন্দ্র পণ্ডিত ওইবনা পদবন্দ রাহায় ওইনা লেংলমএ।

চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বী লংজা ওইরিবা অহুবু লাম্মী মীয়াম মাংদা চন্দ্রাবতী সতী অরেপ্পীনা নিংথৌ মপুরোইবগী সনা খুম্নারেনবু তাংজা মাগী সুরেনতোন্দা কংচথিএ। চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা মিকপ্লবু পোম্বী লংজা নমু মীরোল থোক্তবা অহুদি চেংলৌ মিংনা য়েংনা মুংওলথিএ। পোম্বী লংজা অহুনা উনবী পুক্লিং শিংলক্লবগী চেক্লা

শাগল তুকাং অনিমক্কা য়োইবু মশানৌগী শমু মহাকশাংবু কোয়া মিকশখিএ হায়দত্রা ? শামী-লাম্মী অয়াম্বনা থৌরম মতৌ ওহোকপা অত্তুবু উরবদা মতোম মতোম মিকপখিএ। চন্দ্রাবতী অহেনবীনা মালেম লৈদা তুনা মিকপ্পবদগী হৌগৎলবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপু-য়োইবব্ব চিঙ্গোই পাওমেল্লকএ—উনবী পুক্লিং ভপা ঈশ্বর মপুরেনবু মিংশিং-ও। নংগা ঐগা লহান মাংদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রক্লবগী শমু নহাকশাংদা মহাপাপ অচৌবশী থৌরম অয়োনবা অহুনা মতম মোংশাং কুইনা কায়নক্লবনে। হৌজিক্তি ঈশ্বর কৃষ্ণ লাইমরুবু নিংশিং-ও, পুক্লিং অরাববু লেপ্পা কোকঙেনে। মতৌ পান্দম অমস্তুং থাইনা লহান মাংদা ধ্রুব কৌবা নিংথৌ মচা অহুনা মমা মহারাণীগী মকমদা তাংজা ইকাই নংলববু কৃষ্ণ লাইমরু অসিনা কোকপিখিএ। মরম পান্দম্নবা অমস্তুং হিরণ্য কৌববু হাৎত্তনা মপারি প্রহ্লাদ কৌবা কৃষ্ণ ভক্তি ওইবা অত্তুবু ঈশ্বর মপুরেন অসিনা লানবি-খিএ। মরম মতৌ অমস্তুং দ্রৌপদী অচুম্বীবুস্তুং দুর্য্যোধন নিংথৌরেনা তাংজা ইকাই নংহল্লববু কৃষ্ণ লাইমরু অসিনা চরৈ ফিগী মশক ওইনা তাংজা ইকাইববু ঙাকপিখিএ। মরম পান্দম্নবা অমস্তুং গজেন্দ্র কৌবা শামু অত্তুবু কুম্ভীর লাইরেনা য়োংলববু প্রাণ থরাই মমিরেনবু ঈশ্বর মপুরেন অসিনা ঙাকপিরকএ। মরম অসি থংনা কৃষ্ণ লাইমরুবু উনবী পুক্লিং চেৎনা নিংজৌ-ও হায়ববু নাতারবদা পোম্বী লংজা ওইরিবা অহুনা পাইমা লৌশিং থোক্লরুবগী গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবগী পাদ সনা খুয়াবেনবু তাংজা লুদা থোংনা খুরুমজরকএ—হে ইবুংঙো গদাধর অথোইবা-ও, নাতাবি-ও। হে ইবুংঙো, শমু ইহাকশাং অসিবু পাক্কল উতুপ তাগুম পাংলবা ঐবু হে ইবুংঙো বনমালী কৃষ্ণ অথোইবা

নংনা লাববি-ও। ইভৌ লমচৎ কভবা মহাপাপপু চেনবা ঐবু লাখবি-ও। হে ইবুংঙো অনাথ মপু লৈতরবা থৈবিকী পাজন চৈত ওইবিরিবা শ্রীহরি অথোইবা নংনা ঐবু লাববি-ও। হে ইবুংঙো, ননাই ঐদি মহাপাপ চেনবনিগীনা থাইনা মাংদা চাকহেন নংগী অরুবনু কায়বনা শমু ইহাকশাংবু মহাপাপকী মতুম ওইরে। হে ইবুংঙো, নংগী থোজায়া ঐবু লাববি-ও। হে ইবুংঙো, নংবু জগৎ ভাইবংপানবগী মপু দেব লাই থৈবিকী লুচিংলিবা মুনি-ঋষি লেংনা ভিল্লিবা লৈবাক্কী লুচিংলিবা মুনি-ঋষি লেংনা ভিল্লিবা থৈবিকী ধ্যান লাইনিংকছু ওইরিবা হে দামোদর অথোইবা, নংনা ঐবু লেপ্পা লৌখৎপি-ও হায়না চন্দ্রকেতু পোম্বী ওইরিবা অতুনা মালেম লৈদা ওন্না মিকপথিএ। অসুম্বা রারম মুংশিবা অসিবু গোপীচন্দ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলমএ হায়দত্রা ?

চন্দ্রাবতী সতী অচুম্বীগী য়াথং পাওতাক রানা নিংথৌ মপুরোইবা চন্দ্রকেতু নিংথৌ অতুনা ঈশ্বর মপুরেনবু পুক্লিং অতৎপা নাইদনা শোজরবগী দেব লাইরূপ অয়াম্বা থৈবিরা মিৎয়েং শানথৈরবগী জয় য়াইকরে হায়না পুষ্প পারিজাৎ লৈমুংশিবু শিঙেল লৈরিক নোং-চুনরক্লে। গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনা পুষ্প-রথ দোলাই-নিংথিবা অমবু শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগী খোংলোই অকনবশিংদুনা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম খুৎত মরিমকপু শুনা রথ দোলাই-মক্তববু লোইননা চন্দ্রাবতী-চন্দ্রকেতু নিংথৌগা অনিমকী শমু মাং শংশংবদা তাররে। পুরন্দর সয়ায়েরম্মুং গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা, বিদ্যাধরী অহুম্মুং শিথরক্লে। কৃষ্ণ খোংলোই অথোইবশিংনা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদা চিজোই পাওমেনথিএ। হে-সুন্দরী অহেনবী-ও, চন্দ্রকেতু নিংথৌ নপুরোইবগা নবিংঙাবু পুষ্প-রথ দোলাই মক্তুয়া অসিদা থুনা তোংথখলো হায়রবদা চন্দ্রাবতী

অহেনবীনা পুক্লিং মিংদোন থুক্লা নিংথৌ মপুরোইবগা লোইননা পুষ্প-রথ দোলাই মক্তববু থুক্লম্নবগা চন্দ্রাবতী-চন্দ্রকেতু অনিমক্তি দেব মূর্ত্তি শংশংবা ওইরক্লে। শমু মহাকশাংবু থোইদোক্লা নিংথিরে। সনা দোলাইথক্তা তোংথংলবগা গন্ধর্ব্বনা পুং ষৈরে, অপ্সরানা জগোই শারে, বিদ্যাধরীনা চৈশ শক্লে। বিষ্ণু থোংলোইশিংগা লোইননা দেবলোক অথোইবদা কারক্লবদা শ্রীগোবিন্দ অথোইবগী সনা মথোং-থাদা কংলরবদা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্লা শমু থুংনা নাম্না, পুক্লিং হরাওথোইনা লৌবিগুমএ হায়দত্রা ?

চন্দ্রাবতী-চন্দ্রকেতু অনিমক্তি ঈশ্বর মপুরেনগী সনা য়োইকোম্নুংদা কৃষ্ণ ভক্তি ওইনা চংনা থমথিরে। রাজম অসি মতুংদা ব্যাস মুনিরেম্না রাথং অনৌবা অমরকহম্না পাওমেল্লকএ—হে মুনি সভা লেংনা তিল্লিবা-শিং-ও, নথোয়বু উনবী পুক্লিং তপ্না নাত্তা-ও। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেম্না একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রবগী মতিক গুণ অচৌববু রাজম মথৈ ফংনা হায়রবনে।

অসাইগী বিদর্ভ নিংথৌরেনগী মদাইরেম মন্ত্রীনচিংলিবা শাম্নী-লাম্নী পুন্নমক্তি চন্দ্রকেতু নিংথৌগা চন্দ্রাবতী নিংথিবীগা অনিমক্লা পুষ্প-রথ দোলাই মক্তবদা তোংনা কোয়ৌ নোংমদোন্দা চেংলৌ মিৎপু থিংনা উয়ৌরবগী উনবী পুক্লিং গুক্লা লৈরৌএ হায়দত্রা ? লাম্নী মীয়াম পুন্নমক্তি পুক্লিং মুংবং চংনা হনরাইরকএ। সনা মরৈবাক্তা রাইথুংলবগা বিদর্ভ নিংথৌরেন্দা মমোম চন্দ্রাবতীগী রাজম মতৌ ওইথোকপবু রাথং পরেং শিন্না পাওদম্ববু নাত্তারবগী নিংথৌ পাইমা উনগোক্তমুংদা মুংশি মুংবং চংনা য়োইবু মশানৌ মহারাণীগা য়োইবু য়োইহৈ পুন্না তিন্না সনা য়োইকোম্নুংবু নিন্না মিকপ্নথিএ হায়দত্রা ? হে মুনি লেংনা তিল্লিবশিং-

ও, চন্দ্রকেতু নিংথৌগা চন্দ্রাবতী নিংথিবীগা অনিরুদ্ধ ব্রত অরুপবু কাউরবগী পাপ কদ্বী ওইরুবদগী কোরৌ নোংমদোন্দা কাথিবগী য়ারম অয়াম্বু হায়রবনে।

য়ারম মতুংগী থৌরম অয়াম্বু মুনি সভা পুরমরকা ব্যাস মুনিরেন্দা য়াথং অনৌবা অমরক হয়া পাওহংথিত্র—হে মুনি অথোইবা-ও, নচিন থম্বাল লৈওলথোক্তগী য়ারম অথোইববু নাতাজনিংএ। য়ারম অনৌববু অমরক হয়া হায়বি-ও হায়না পাওহংজববু নাতারবদা ব্যাস মুনিরেন্না হে মুনি লেংনা তিম্নিবাশিং-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাবি-ও, য়ারম মথৈ ফংনা হায়জরকে। একাদশী ব্রত অচৌবগী পুণ্য মহৈ অসিবু কনানা হায়গমগবনো? মতৌ অসুম ওইরবস্লুং থাইনা মাংগী ঐনা য়ারম অপিশা অমতবু নাতাববু লৈএ, হায়রকে, পাইমা পু'ক্লং লেপ্পা নাতাবি-ও।

লহান মাংদা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবা অতুদা রুকাঙ্গদ কৌবা নিংথৌ অমা লৈরমএ। নিংথৌ মতিক চংথোক্না মঙান মপা চাওনা কোলোই মমিং চৎলমএ। সনা মাগী য়োইকোম্‌্‌গুংস্লুং মুংঙাই মথৈ লৈতনা নিংথি পুক্লিং হুইএ। চেংলৌ মিৎনা য়েংশিনথিবা খুদিংদা মুংঙাই মরাং কাইএ। নিংথৌ মহাকী কোম্লুং অকোয়ববু সনা হাজং য়ৈববু চেংলৌ মিৎপু রংনা তকুপ তরেং নিংথিএ। চারি চিথেক মরিমক্তা শিঙেল লৈগী উমংনা উনবী পুক্লিং হুইএ। লৈরাং লৈরিক থায়না থোইমুনা ঙংবা থোজেলনা উনবী পুক্লিং থোইনা নৌহৌএ। উমং চিথেক মরিমক্তা পুখ্রি লাইজ ঈমাই চোন্না থম্বাল লৈহৌ নিংথিএ। লাইজ ঈমাই ঙান্না হংস কাংঙা চাক্তাইএ। থম্বাল লৈকা খুদিংদা থোইমু লৈপাম্বনা থম্বাল লৈহৗ চুপএ। কেলী-কদম নিংথিবা,

মাতেশ্বর লৈমুংশি, জাতি-যুতী-চম্পকলতা লৈওনখোকচিংজা লৈরাং মশিং শুনা শাৎলিএ। উমং চিথেক মরিমকী মাংলৌ লমদাংশাংবু চোইনৌ সনারূপএ। নিংথৌ মাগী কোম্নুং ময়াইরেন অছুদা সনা সজাই শাইএ। নিংথি মতৌ চংখোনববু চিংচু ইন্দ্র সভারেনগী খোইমোম লাইরৈবাকুমএ। নিংথি পুক্নিং হুবা অছুদা রুকাঙ্গদ, সন্ধ্যারাণী, ধর্ম্মাঙ্গদ অহুম্না কোরৌ নোংজা খুদিংবু মুংতাই মরাং কায়না পাল্লমএ। নিংথৌ মতিক চংখোনবনা প্রজা লৈবাক পুম্নমকপু পুত্র মচা য়োকুমনা পিজ পামুদে, পিনা হালয়েংদে। নিতি লমচং হৌনববু কায়দনা তৌরমএ। নিংথৌ পুক্নিং মরাং কায়না পাল্লিবৈদা কোরৌ মুমিৎমদা মালী লৈশংবনা শিঙেল লৈ হুথিরে হায়না নিংথৌ সনা মথোংথাদা বাকৎচথিএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, যারম মতৌ থনবি-ও হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না পুক্নিং কলচাও থোইনা মালী লৈশংববু য়াথং অথাবনা হায়দোক্লকএ - শিঙেল লৈপুম অমতবু মাংকরোইএ। শামী-লাম্মী চামা চামনা শিঙেল লৈগী বনবু কোয়না ভাক-ও। অহিং মুংথিল থুং শয়ো-ও। অহিং খোয়েন তুমগন্ধা মুংথিল মিৎয়েং নাওশুমদনা শিঙেল লৈ শংও। লৈরাং লৈপুম অমতবু মাংকরোইএ হায়রবদা মদাইরেম শামী-লাম্মী অয়াম্বনা শিঙেল লৈগী উমংবু কোয়না ভাক্লিবৈদা গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু কোবা নিংথৌ অহুনা শিঙেল লৈ হুগে হায়না চংলকপবু থংলৌওমদনা লৈরাং লৈরক চংনা শিঙেল নিংথিববু থম্না হেক্লবগা আহু নিংথৌ অছুদি কোরৌ নোংমদোল্লা পাইথংথিরে। চিংলেন নোংগা ভাল্লবদা শিঙেল লৈয়াম লৈওমদরবগী অকী পুক্নিং চংনা মালী লৈশংবনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা বাকৎচথিএ —হে নিংথৌ অথোইবা ইবুংঙো, জা ও। ননাই ঐথোয়না অহিং

থোক্লেন ফুরুগব্দা, মিৎয়েং নাওশুমদনা লৈ শংববু থংলোৎজমদনা ওলি কোয়ৌ মুমিৎমস্থং শিঙেল লৈহ য়াথখিরে হায়না য়াকৎচখিববু নাতার-কী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেল্সি উনবী পুক্লিং ভগ্না য়াথলখিএ। হে ইপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবা-ও, নংন্না চিংনা শামী-লাম্মী মীয়াম পুনা সেনা লাম্মী অয়াম্বশ্না শিঙেল লৈ শংলু-ও হায়রবদা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবনা নিংথৌ য়াথং লুদা থোংনা শিঙেল লৈ শংগে হায়রবগী চৈরৈ ফিরোই শেং, লানকম পোৎলোই পুন্নমকপু লৈভেংলবদা শামী-লাম্মী পুন্নমক্কা লোইননা শিঙেল লৈগী উমংদা চংলক্লে। লাজোই শগোল, শামু, রথ, দোলাই ভোংবা শামী-লাম্মী পুন্নমক্কা শিঙেল লৈগী বনবু কোয়না ঙাক্লবদা অহিং ইন্নুং শোইয়াইমদা আছ কৌবা নিংথৌ অচুনা পুষ্প-রথ দোলাই মক্তববু ভোংনা শিঙেল লৈ ছুগে হায়না লৈয়াং লৈরক থায়না চংলকপবু মিকুপ পুংজা থংলোদনা শিঙেল লৈরক চৎনা লৈরাং নিংখিববু থগ্না হেক্লবগা কোয়ৌ নোংমদোঙ্গা পাইথংখিরে। ইন্নুং কৌবা চিংন্নুং শোই, চিংলেন নোংগা ঙাল্লকলবদা শিঙেল লৈ য়েংলুববু লৈরাং য়ান্না লৈশুমদরবগী ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেন্নবদি শকথোং মন্নেং ভ', মাইথোং চরম কং, তাংজা ইকাই থোইনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াকৎচখিএ। হে ইপা নিংথৌ ও, ননাই ঐনা চিংনা শামী-লাম্মী, শগোল-শামু য়াওনা শমু থুংশন্নরা ঙাকচববু মতম থংলোওমদনা শিঙেল লৈ হুখিরে হায়না পাওতম্নবদা মপারিগী কোলোই কয়াথংবু নাতারব্দা নিংথৌ উনবী পুক্লিং ভগ্না য়াথলবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না নিংথৌ মহাক ক্লাওনা শিঙেল লৈ শংগে হায়বগী দমক লাজোই শগোল-শামু পরেং চং, শামী-লাম্মী পুন্নমকপু ভাই-রোইননা শিঙেল লৈগী উমং ভান্না যাত্রা থোংশালক্লে। চারি চিথেক

মরিমক্তা লেউটি থাওমৈ থান্, থাওমৈ মঙাল অয়াবনা শিঙেল লৈরক ভাল্লবগী নমু চেংলৌ শকউননা অস্নুম্বা ভাল্লিভৈদা আহু কৌবা নিংথৌ অহুনা শিঙেল লৈ হুগে হায়বগী লৈরাং লৈরক চংলকএ। থাওমৈ মঙাল অয়াববু দেব লাইগী ওইরিবনিগীনা নমু কনাগুম্বা অমত্তনবু চেংলৌ শক উহন্দনা শিঙেল নিংথিববু থম্না হেক্লবগা কোরৌ নোংমেক্ষোন্দা পাইথংখিরে হায়দত্রা?

চিংলেন নোংগা ভাল্লবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মদাইরেম শামী-লাম্মী অয়াম্ববু ভাইরোইননা শিঙেল লৈ য়েংলুববু লৈরাং লৈপুম অমত্তবু লৈঙেমদরবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্দি প্রজা লৈবাক পুম্নমকপু তাংজা ইকাইরবগী সনা য়োইকোম্নুং চংলক্লে। মদাইরেম শামী-লাম্মী অয়াম্বা শিঙেল লৈ শংলিববু তোকহল্লে। আহু কৌবা নিংথৌ অহুদি কোরৌ নোংজা খুদিংগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী শিঙেল লৈয়াম হেকপবু নিত্তি লমচৎ মহৌশাবু ওইনা মহেকলৈএ। লৈরাং মানা থাকলৌবা অহুবু মাপী লৈশংবনা কোরৌ নোংজা খুদিংবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্দা কৎচখিএ হায়দত্রা? গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু নিংথৌ কৌবগা মালী লৈশংবগা অনিমক্লা শিঙেল লৈগী থৌরম লাক্লববু লোইদাম মেরা থাবু য়োৗরকপদা মালী লৈশংবনা শিঙেল লৈথোং শেংবদা পেকরি থাংথা য়াম্না হৌববু থাংলেন মথুংগুনা য়ানথেক্লবগা থাংথা অয়াম্ববু থোমশিল্লহুনা মকম অমদা পৈশিনদনা কংহল্লে। কোরৌ মুমিংতা আহু কৌবা নিংথৌ অহুনা শিঙেল লৈ হুগে হায়না হুম্নকলে। লৈরাং লৈরক চংলক্লবদা অহন মতম ওই, মানলৈ চিংওল্লবগী থাবা নিংথম তারকচল্লবগী পেকরি থাংথা অকংবহুবু থাম্বী মৈবুং চাওনা হৌগৎলবগী মৈথু নোংলোন কাবনা শিঙেল লৈরক চাইনা

চংলবগী আহু নিংথৌরেনদি পুষ্প রথ দোলাই মক্কববু তোংনা শিঙেল লৈ হেক্লিন্ডৈদা থাংথা মৈথু অকনবনা শোক্লবগী আহু কোবা নিংথৌগী রথ দোলাই মথুনেৎপু কোরৌ নোংমদোন্দা পাইথৎপবু ভমদরবগী পুক্লিং মুংবং চংনা নিংথলথিএ। শমু ইহাকশাংবু মহাপাপপু লৈরব্রা? দোলাই ইথুনেৎপু পাইথৎপিদরে হায়না পুক্লিং চিংনা পোক্লিন্ডৈদা চিংগু নোংদমথোল্লা মালী লৈশংবনা থোইমোম লাইগী মূর্ত্তিবু ওইরিবা আহু নিংথৌবু চেংলৌ শক উররে। পুক্লিং শোংকি চংনা মিপাই কোকই কাববু আহু নিংথৌরেন্না উরবগী চিঙ্গোই পাওমেল্লকএ—হে মালী হন্নুবা-ও, অকী পুক্লিং চংলুগনো। কোলোই ইয়াথংবু নাভা-ও। নংগী নিংথৌ লৈমাববু কোরু-ও হায়রবদা মালী হন্নুবনা ইঙ্গুং শোইয়াইমদা পুক্লিং লাইথংবনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা চংলকপবু কৈদা নাইফা থোংথৈ-ফম্বশিংনা হে মালী হন্নুবা-ও, নংনা অহিং ইনোংশোইয়াইমদা নিংথৌ সনা য়োইকোম্লুংদা চংলকপা অসিবু রারম করি লৈবগী চংলকপনে হায়না পাওহংববু মালী লৈশংবনা পাওথুমথিএ—হে কৈদা থোংশংবাশিং-ও, নিংথৌ ইবুংঙোগী শিঙেল লৈকোম্লুংদা থোইমোম লাইরা, তাইবং নমু পোংলা থংভমদে। পুক্লিং অকী চংএ। নিংথৌ লৈমাববু থুনা পাওকোক্ল ও হায়না থৌশিরকএ হায়রবদ মালী হন্নুবগা কৈদা থোংশংবগা অনিমক্তি নিংথৌ সনা মথোংথাদা চংলক্লে। হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাভাবি-ও, ননাই মালী হন্নুবা অসিনা নিংথৌ সনা নথোংথাদা রারম পাওতম্লিংবা অমা লৈবগী চংলকপনে হায়না রাকৎচরবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনদি থোম্লেন তুমগল্লবদগী চেংলৌ মমিৎ পাংলক্লবদা মালী হন্নবদা পাওহংথিএ। হে মালী হন্নবা-ও, রারম করি লৈবগী

মাকপনো হায়রবদা মালী লৈশংবনা পুক্লিং চিংনা লৈতনা পাওখুমখিএ —হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নংগী শিঙেল লৈকোয়্ংদা রথ সনা দোলাই মক্তবু তোংবা অমবু লৈএ। মঙাল মশা চাওবনা চেংলৌ মিৎপু রংবা অতুবু নদাইরেম ঐনা মিৎয়েং শানথৈরকবগী পুক্লিং অকী চং, মুংবং ঈরৈ চম্না লৈরিভৈদা মূর্ত্তি অথোইবা অতুনা চিঙ্গোই পাওমেল্লকএ। হে মালী লৈশংবা-ও, পুক্লিং করি কৌরুগনো। রুকাঙ্গদ নিংথৌবু থুনা য়াংনা পাওকৌরু-ও হায়রকএ। ননাই ঐনা থোইমোম লাইরা, তাইবং নমু পোংলা, চেংলৌ শকথং ওয়্নক্তে হায়না পাওদম্লবদা নিংথৌনা মালী লৈশংবগী চিঙ্গোই ময়াথংবু নাত্তা-রবদা য়াংনা হৌগৎলবগা কৈদা থোংশংবগা মালী লৈশংবগা লোইনমা শিঙেল লৈগী উমং মুংভাইবা অতুরমদা চংলক্লে।

আহু নিংথৌ কৌবা অতুনা থাম্বী মৈরা থানগুম চোইনৌ সনা দোলাইথক্তা তোংনা লৈওম্ববু মিৎয়েং শানথৈরবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না উনবী পুক্লিং ওক্না য়াথং ভক্তি তৌনা পাওহংখিএ—হে মহামায়া ওম্বোকপা-ও, নংনা ঐগী শিঙেল লৈগী উমং অসিদা থৌরম করি লৈবগী লাকপনো? য়ারম অমসুং নংনা নিংথৌ ঐবু উনসে হায়না পাওকৌবা অসিবু য়ারম করি লৈবনো হায়না পাও-হংলবদা আহু নিংথৌনা পাওখুম্লকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, ঐদি গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু কৌবা নিংথৌদি ঐনে। নংগী শিঙেল লৈগী উমং অসিদা ঐনা লাকপদি নংগী পুষ্প নিংথিবা অসিবু হেক্রুবগা ইন্দ্র সবারেন চেংলৌ মমিৎ লিশিং পানববু কোয়্রৌ নোংজা খুদিংদা পূজা ঈরাৎচববু ওসি কোয়্রৌ নোংজা অসিদা নংগী মালী লৈশংবনা পেকরি থাংথা অকংচবু থাম্বী মৈদা ইক্না থাওম্লবগী

মহাপাপপু ওইবা থাংথা মৈথু অছুনা দোলাই ইথুনেৎ মত্তথবু শোক্লবগী পামেল উগী মতমগুম লেংবা য়াদনা মরৈরে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না য়াথং অমরক হন্না পাওহংথিএ। হে ইবুংঙো, খোইমোম লাইগী দোলাই অপাইববু থাংথা মৈথু শোক্লবগা পাইবা ভমদরে হায়বা অসিবু য়ারম করিগীনো হায়রবদা আহু কৌবা নিংথৌনা পাওথুম্লকএ—নংগী থাংথা মৈথু অসিদি মহাপাপী মত্তব্রা ? অসুম্বা থাংথা মৈথু অসিনা দেবরথ দোলাই ইথুনেৎ অসিবু শোক্লবগী লেংদনা মরৈরে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না পাওহংথিএ। হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, থাংথা অসিগী মৈথুনা মহাপাপ ওইএ হায়বদো য়ারম মথৈ কংনা হায়বি ও হায়ববু আহু নিংথৌনা নাতারবগী হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও, পেকরি থাংথা অসিগী মতিকপু নমাং শংশংবা অসিদা য়ারম মথৈ কংনা হায়রক্কে। কত্তবা মহাপাপ চেনবা থাংথা অসিবু পঞ্চপাপ পাপ মঙামক্কে হায়ববু বেদ শাস্ত্র পুন্নমক্না হায়রিএ। অসুম্বা থাংথা অসিবু নমু কনাগুম্বা অপংবশিংনা চাক্লবদি জন্ম মপোক থুদিংবু নরক কম্বী ওইরুইএ। নরক কম্বী অছুদগী মপোক অমরক পোক-লুরবস্তুং কণ্টক তিংথং পানবা উবু ওইনা পোকলুইএ। অসুম্বা থাংথা অসিগী মহৈ চাববু হায়দবস্তুং থাংথা মহাকপু শোকলুবদা পূণ্য মহৈ পুন্নমকপু মাংনা মহাপাপপু ওইএ হায়ববু বেদ পুরাণ পুন্নমক্তা হায়রিএ হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না অমরক হন্না পাওহংজথিএ -হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, থাংথা অসিগী মহৈদি ঐনা খংজরে। মীওইবা থৈবিক্তা ব্যবহার মরমচৎপু হায়বি-ও হায়রবদা আহু নিংথৌনা পাওথুম্লকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌ

অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং পিনা নাতা-ও। ঐনা নংগী শিঙেল লৈকোম্নুং অসিদা নোংশাংনা লৈরবদি ইন্দ্র নোংথৌ সবারেম্না কলচাও মৈরা থোক্না শাওরম্লগদনে। নিংথৌ নংনা শিঙেল লৈ হুইএ হায়না বন্দী তৌনা থম্লবা ওইনা নিংলদনা হৌজিক চেংলৌ মিংকুপমরুম অসিদা নিংথৌ নংগী সনা ম্নোইকোম্নুং অসিবু কোরৌ নোং-শিংজংনা কেম্বরকঙেনে হায়বা অসিবু থংনা থৌরম ঐবু থুনা কাথিনবা য়াংনা থৌরাংবি-ও। নিংথৌ নংগী য়াইফনবা একাদশী ব্রত তৌবা অমতবু থুনা থিবিরু-ও। ব্রত চাকহেল্লিবা অহুনা ঐগী দোলাই ইথুনেৎ অসিবু শোক্লবগা কোরৌ নোংমদোন্দা পাইথৎথিঙেনে হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা হে ইবুংঙো দেবমূর্ত্তি ওইরিবা-ও, একাদশী ব্রত তৌএ হায়বা অসিবু কোরৌ মুমিৎ করম্বদা তৌবনো থংজদে হায়রবদা গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু নিংথৌ কৌবা অহুনা পাওথুম্লকএ। তাও, তাও, হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, একাদশী ব্রত তৌবা মী অহুগী পুণ্য মহৈদি কমানা হায়ভমসিবনো, হায়-ভম্লোইএ হায়ববু নাতারবদা নিংথৌ রুকাঙ্গদনা য়াথং অমরক ভক্তি তৌনা পাওহংজথিএ। আহু কৌবা নিংথৌ-ও, একাদশী ব্রত অরুবগী গুণ মতিক অচৌববু হায়বি-ও হায়ববু নাতারবদা আহু নিংথৌনা হায়রকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, উনবী পুক্লিং ভপ্পা নাতা-ও। দশমী তরানি পানবদা চরা অমরক্তা চাগদনে। অহিং মুংথিল অনিমকপু কোরৌ নোংলেম্নঙেনে। মানা চাগদবদি নিরামিষ তৌগদনে, লৌনিং-চানিংবা, অপাম্বা, কলচাওববু হুঞ্জেকঙেনে। দ্বাদশী তরানিথোইনি পানবদা চরা অমরক্তা চাগদনে। লেমলৈ ভাবু চাকরোইএ। একাদশী ব্রত চাকহেনবা কৌবদি অসিনে।

ৱারম অয়াম্বদি হায়ঙম্লোইএ। থাওনা চিংলিবা য়েনশাং মনা—মশীং অয়াম্বা পুম্নমকপু চাফরোইএ। থিত্তা চাগদনে। নমু কনাগুম্বা অমত্তনা থোংবা চাকপু চাফরোই। হৌজিক্তি ঐনা হায়থিবা মুমিৎ অসিদা ব্রত চাকহেল্লিবা অমতবু পুবিরক—ও হায়রবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মাগী কোম্নুং মম্নুং-মপান লৈকাই খুল্লক অত্থুদা তরা চাকহেনববু থিববু থংদরবগী রুক্মাঙ্গদ নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, ঐগী সনা ইরৈপাক অসিদদি ব্রত চাকহেনববু হৌনদবগী নমু মীপুম অমতবু লৈত্তে হায়রবদা আহু নিংথৌনা হায়রকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, ঙরাংদি তরানি পানবনে, ঙসিদি তরামাথোইনি পানবনে, মুমিৎ অনিমক অসিদা তরা চাক-হেনবা অমত্তবু থুনা থিবিরকউ হায়ববু নাত্তারবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না শামী-লাম্মী অয়াম্ববু থৌশিথরে। হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক্তা খুঙ্গং লৈকাই থাক্তনা নমু য়ুম্নুম খুদিং চংনা থিববু থংদরবগী বেশ্যা খুল্লক চংনা থিরকপদা বেশ্যা হম্নুবী অমগী ময়ুম চংলকপদা বেশ্যা হম্নুবী অত্থনা তরা চাকহেলঙম্বগী হকশাং চোকথ হুইথনা লৈঙম্ববু উরবগী হে ইবেন হম্নুবী-ও, নংনা চোকথ হুইথনা লৈঙম্বা অসিবু ৱারম করিগীনো, থুনা হায়-ও হায়না পাওহংলবদা হে ইবুংঙো নিংথৌ মনাইশিং-ও, ঐনা ইচা নুপী অমত্তা পোকপবু পাইমা লিংজেল ফত্তবীবু ওইরদনা ইমা-ইচা থংনবগী ঙরাংদি চরা অমত্তা চাইএ, ঙসিদি চরা অনিরকমা চাদরি। ইচানুপী অত্থুদি লৈকাই খুল্লক কদায়রমদা চংথিরবনো থংদরে হায়না পাওথুম্নবদা লাম্মী অয়াম্বদি পুক্লিং মরাং কায়না হরাওথিএ। হে বেশ্যা হম্নুবী নমা-নচাবু নিংথৌ

সনা য়াথংনে হায়দনা বেশ্যা মমা-মচাবু পুরক্তুনা নিংথৌ সনা মথোং-
খাদা কৎলয়ে হায়দত্রা ?

রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না আছু কৌবা নিংথৌবু য়াথং লৈশি-
লৈথোম্না হে আছু কৌবা নিংথৌ-ও, ওরাং অসি চাক চাদবদি
অসিনে হায়না কৎচরবদা আছু নিংথৌনা পুক্নিং হরাও থোইনা
য়াহম্নকলে। হে রুক্মাঙ্গদ নিংথৌ-ও, ঐগী দোলাই ইথুনেৎ অসিবু
শোকহনবি-ও হায়ববু নাত্তারবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌনা হে বেশ্যা
মমা-মচানা দেব রথ দোলাই মথুনেৎ মক্তবা অসিবু শোকপিরু-ও
হায়রবদা বেশ্যা হন্নুবীনা উনবী পুক্নিং ওক্লা য়াথলথিএ — হে নিংথৌ
ইবুংঙো অথোইবা-ও, বেশ্যা ইমা-ইচাদি জাৎ অত্তোনবনে, মহাপাপী
ওইবনে। দেব লাইগী দোলাই অসিবু করম শোক-ও হায়বনো ?
বেশ্যা ঐথোয়গী জাৎতি দেব লাইগী দোলাইবু শোকপবু অয়দবস্তুং
তাইবং নমু পোংবু শোকলুবদা মহাপাপপু ওইরিএ হায়ববু বেদ শাস্ত্র
পুম্নমক্তা হায়রিএ। য়ারম অসিগী দমকপু দেব লাইগী দোলাই
অসিবু শোকপা ওম্মরোইএ হায়ববু নাত্তারবদা গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো
আছু কৌবা নিংথৌ অচুনা য়াথং নিংথিবনা পাওমেল্লকএ। হে
হন্নুবী-ও, পুক্নিং করি কৌরুগন্ন, নমা-নচাবু একাদশী ব্রত চাকহেন
অরুববু তৌরিবনিগীনা নমা-নচানা ঐগী দোলাই ইথুনেৎপু লেংবা
ওমদনা লৈরিবা অসিবু পলেম নমা-নচানা শোক্লবগা কোয়ৌ নোংম-
দোন্দা পাইথৎপা ওমত্তেনে হায়রবদা বেশ্যা মমা-মচানা পুক্নিং মরাং
কায়না হরাওথিএ। হে ইবুংঙো, শোক-ও হায়রবদি তোংথৎলো
হায়বরা, কোলোই য়াথং হায়বি-ও হায়রবদা আছু নিংথৌনা হায়-
রকএ। হে হন্নুবী নমা-নচানা পুষ্পরথ দোলাই মক্তবু খুরমদনা

শোক-ও হায়ববু নাত্তারবদা সত্তী মমা-মচানা দোলাই রথ মক্তকবু থুরমদনা পুষ্পরথ মক্তবদা তোংথংলে। সত্তী মমা-মচানা শোকপ-নিগীনা দেবরথ দোলাই মক্তবদা আহু কৌবা নিংথৌনে, সত্তী মমা-মচানে অহুম্মকপু পুনা কোয়ৌ নোংমদোন্দা কাথিরে হায়দত্রা? থৌরম অহু থৈবিকপু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্মা চেংলৌ মিৎপু থিংনা উরৌরবগী একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবগী গুণ মতিক অচৌববু থংলৌরবগী নিংথৌ পুক্কিং মুংবং চংনা থল্লৌএ। বেশ্যা মমা-মচানা থংনবগী করিস্তুং থংদনা চাকহেনবনস্তুং কোয়ৌ নোংগাথিএ। ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু গুণ মতিক থংনা হেন্নবদি মহৈ করম চারিগবনো? ঐস্থ একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু তৌরগে হায়না নিংথৌ পাইমা উনগোইন্নুংদা নিংলক্লে।

হস্তিনা সনা লৈবাক অসিদা ঐনা পাল্লিবা মথৈবু পাত্র-মিত্র লৈবাক পুম্নমক শামী লাম্মী অয়াম্বা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, পণ্ডিতনচিংনা মপী-নহা, অতাং-নাবা অথুবনচিংনা লাঙ্গোই শগোল-শামু, কাওরেন যণবী চাজেনবী, চোংতা-তেনবা, মাছুই য়েন পুম্নমক্কচিংনা জীব-জন্তু থবাই পাল্লিবা থৈবিকপু থাক্তনা একাদশী ব্রত অরুববু লেপ্পা মতৌরগে হায়না সত্য শরি শোম্না রাশরুবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মপাল্লিবু পাওকৌথংলবগা হে ইপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবা-ও, নপা নিংথৌ ঐগী কোলোই ইয়াথংবু নাত্তা-ও। হস্তিনা সনা লৈবাক অসিগী জীব থবাই পাল্লিবা থৈবিকপূ একাদশী কৌবা ব্রত অচৌবা অসিবু তৌদফরোইএ হায়না লৈবাক পুম্নমকপু থংহল-ও হায়রবদা ঐগী য়াথং মতুং ইন্না তৌদরবদি প্রাণ থবাই হাৎনা শাগৈ মচেৎমা মচাবু থাক্তা মহাংকে হায়না হায়দোক্লবদা মপা নিংথৌগী সনা য়াথংবু

তারবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজনা হস্তিনা লৈবাক পুন্নমক্তা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবগী থৌরম অয়াম্ববু থংনা থুঙ্গং লৈকাই অমবু থাক্তনা হায়দোকখিরে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু তৌদরবদি নিংথৌ সনা য়াথংনে, শাগৈ কুঙ্গা মুৎনা রাজদণ্ড তৌনা প্রাণ থরাই হাৎকে হায়না থংহল্লবদা হস্তিনা লৈবাক পুন্নমক্তী পাত্র-মিত্র, শামী-লাম্মী পুন্নমকপু থাক্তনা উনবী পুক্লিং ঈরৈ চন্না নিংথৌ সনা মথোংথাবু তান্ন কাথৎলক্লে। লৈবাক পুন্নমকপু তিল্লবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্সুং সনা য়োইকোম্নুংদগী মপান য়াথোক্লকলবদা লৈবাক পুন্নমকস্সুং নিংথৌ সনা মথোংথাদা থুক্লম্লরে। রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্সুং সনা মাগী সিংহাসংদা ফম্লবগা লৈবাক পাত্র অভন্বা পুন্নমকপু রাতানখিএ—হে অভস্বা লৈবাক কোম্নবাশিং-ও, নিংথৌ ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু নাতাবি-ও। একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ অচৌবা অসিবু লৈবাক পুন্না হুপ্পা তৌমনসে। চাকহেন মহৈ অরুবা অসিগী মতিকতি ঐনা শংশং তাংনা থংরৌরে। রাবম অরুবা অহুবু ঐনা হায়রক্লে, নাতা-ও। বেশ্যা মমা-মচাবু ঐগী লৈবাক অসিদা লৈরমএ। মহাপাপীবু ওইরবা অহুগুম্বা বেশ্যা অহুনা মমা–মচা থৎনবদা একাদশীনি হায়রববু থংদনা তরা চাকহেন ভম্বগী দেবরথ দোলাই মথুনেৎ লেংদররবু বেশ্যা অহুনা শোক্লরবগা নিংথৌ ইমাং শংশংবদা বেশ্যা মহাক লোইননা কোরৌ নোংমদোল্দা কামল্লখিএ। করিস্সুং থংদবা মহাকঅহুনা মহৈ অহুম্না কংজখিএ। একাদশী ব্রত মহৈ অচৌবা অহুবু থংনা তৌজরবা মী অহুশিংদি মহৈ কয়ামরুমবু চাওরিগবনো, হে পাত্র লৈবাক কোম্নবাশিং-ও, হৌজিক্তি ঐনা চিংনা লৈবাক পুন্নমকপু একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু

তৌরগে হায়না পাওমেল্লবদা নিংথৌ ঐগী য়াথংবু ইন্দ্রবদি শাগৈ মপা-
মচা থাক্লনা প্রাণ থল্লাই হাংকে হায়রবদা নিংথৌ য়াথং অদুবু নাত্তা-
রবগী পাত্র অওম্বা মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্তা পাওখুম্নকএ—
হে ইবুংঙো নিংথৌ অথৌবা-ও, লৈবাক মুংঙাইনবা ননাই ঐখোয়গী
থৌরম মহৈ ওইনববু হায়রিবদি লৈবাক কনাগুম্বনা পাওয়াদগবনো।
হৌজিক্তি হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নিংথৌ নংগী পুক্লিং মতুং ইন্না
একাদশী ব্রত চাকহেন অচৌবগী থৌরম মথৈ পুন্নমকপু শুনা পাও-
ত্তাকপিরো হায়না পাওহংজরবদা নিংথৌ লৈমাবনা হে অওম্বাশিং-ও,
উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও, য়ারম মথৈ কংনা হায়রক্লে। আহু কোবা
নিংথৌ অদুনা ঐভোন্দা তাক্লমবদি দশমী তরানি পানবা তিথি মাকমৈ
চংলকপা মুমিংত্তা চিনকুপ য়াথিন লোইরবগা ঈক্লমাইথজেঙেনে। চৈরৈ
কিরোই অকংববু শেংলবগা কণ্ঠী মকম অশেংবা অমদা কমগদনে।
কোরৌ মুমিং চাইথিরবগা মুমিদাং মুথক মতমদা চরা অমরক্তা
চাঙেনে। পাইমা উনগোইমুংদা লৌনিং-চানিংবা-অপাম্বা-কনচাওববু
ছুক্লেক্লবগা পুক্লিং অশেংবনা ধ্যান লাইনিং ওইনা অহিং ইমুং শোইবা
লেন্নঙেনে। কোবা চিংমুংশোই চিংলেন নোংগা ভাল্লকলবদা কোরৌ
মুমিং অদুমদি চরা অনিরক চাফরোইএ। অদুম চাদনা কৃষ্ণ ধ্যান
ত্তৌনা অহিং-মুংথিল অনি কোরৌ নোংমননঙেনে। দ্বাদশী তরাও
নিথোইনি পানবদদি অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা হৌগৎলগা
চিনকুপ য়াথিল্লগা ঈক্লজঙেনে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু পূজা
ঈরাংলবগা শ্রীভাগবত অথোইববু ভাঙেনে। সভা অয়াম্বনা নাম
সংকীর্ত্তন তৌরবগা দান-দক্ষিনা ত্তৌনা থুক্লমঙেনে। অদুগা থাওনা
চিংলিবা মনা-মশীং পুন্নমকপু চাফরোইএ। ঘিগা চাকদা চাঙেনে।

চৌবর, শক্রং, লিকোল শান্নবা, পুক্লিং হেলা তৌরিবা পুন্নমকপু তৌকরোইএ। কাংখোন ফমজাও হিপ্পা ভালোই তুমিন্নকরোইএ। খোম্নেন তুমগন্দা, মুংখিল মিংয়েং নাওশুমকরোইএ। শুরু কৃষ্ণ লাইবু অহিং নিংশিংদনা লৈগেনে। অতুম্বা ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু চোংভা-ভেনবানচিংবা জীব থরাই পাল্লিবা পুন্নমকপু কোরৌ মুমিং অতুদদি একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু লেপ্পা তৌগেনে হায়ববু নাতারবগী পাত্র লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্লা হে নিংথৌ অথোইবা ও, কোলোই নয়াথং নিংথিবা অসিবু য়ারম অথোইবা মহাক্লে হায়না পাওয়ারবদা মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্লা রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেনগী নিংথৌ সনা মথোংথাদা থুরুম্না হায়জখিএ— একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু থংনবা দশমী তরানি পানবা নুমিৎতা য়াংলেন পুংজাও থিনবি-ও। পুংজাও থোক্লেল অতুবু তারবদা একাদশী নুমিৎনে হায়ববু থংজগে হায়ববু নাতারবদা নিংথৌ লৈবাক মপুনা উনবী পুক্লিং মরাং কায়না, হয়াওমথৈ লৈতনা পাওমেন্নকএ—হে পাত্র লৈবাক কোয়বাশিং-ও, য়াংলেন পুংজাও থিন্না লৈবাক পুন্নমকপু নাতাহনগে। একাদশী ব্রত অচৌববু তৌরবদি নিংথৌ ঐগী য়াংকোন লোইপোৎপু পোৎ নামা থাই অমবু নিংথৌ সনা ইথোংদা কৎলক-ও হায়রম্নবগা রুকাঙ্গদ নিংথৌ অথোইবদি সনা মাগী য়োইকোম্নুংদা য়াচংখিরে হায়দব্রা?

মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমকস্নুং মরান থোকুন্নকলে। মাগী মাগী মোংবা মন্নুমনাক্তা য়াইথুংলরবগা শাগৈ মপা-মচা খুজং লৈকাই থাক্তনা নিংথৌ সনা য়াথংবু থংহন্নে। একাদশী চাকহেন অরুবা অসিবু তৌদয়বদি রাজ দণ্ড তৌগেনে হায়না হন্তিনা লৈবাক

পুম্নমকপু থংহল্লবদা কোৎৌ মুমিং কয়ামরুম শুথিরবদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু থোক্লবগী দশমী তরানি পানবা অত্থুদা নিংথৌ লৈবাক মপুনা য়াংলেম পুংজাও থিম্না নিম্মাং নিন্দুং অনিমকী লোইদাম থাবুম থুদিংদা য়াংলেন পুংজাও থিম্না হস্তিনা লৈবাক পুম্নমকপু একাদশী ব্রত তৌহল্লে হায়দত্রা ? মোমন্থু চারুবশিংনা মপারি মযোমলোনবু থিকলেন মায়োক্লনা থোম্নাং লাইজ ইনগুমদে। কাওরেন যণবী চাহেনবীম্নুং যল্লাও থোমগা থকহনদে। চোংঙা-ভেনরা অনিমকম্নুং পোম্বী মচিঙ্গাকপু থংহনদে। থৌরম মতৌ অত্থুম তৌনা মহা বৈষ্ণব অথোইবা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না নমু মীওইবা খৈবিকী চিঙ্গাক অথোইববু ককথংলবনিগীনা হস্তিনা লৈবাক পুম্নমকপু মহাবৈষ্ণব ওম্না ওইরবনিগীনা মপোক মপোক থুদিংগী মহাপাপ অয়াম্ববু ওম্না কোকথিরবগী মাগী মাগী জ্ঞানামৃত ফংলক্লবদা বয়স মতম ওক্না নোংমল্লকলবদা লহান মাংগী একাদশী ব্রত তৌদরিবৈগী মহাপাপপু লৈএ হায়না যম খোংলোই অকনবশিংবু থৌশিরক্তনা শউল থৌরিবুনা পুল্লবগা যম মথোংজিনবু তাম্না পুরকপবু বিষ্ণু খোংলোই অয়াম্বশিংনা য়াংলৌ লমথাংদা শমু থুত্থম চম্না মুনথিরবগী যম খোংলোইশিংদি তাংজা ইকাইরবগী ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌদা য়াথং ভক্তি তৌনা রাকৎচথিএ— হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, ননাই ঐথোয়না হস্তিনা লৈবাক্তগী মহাপাপী ওইবা মীবু ঐথোয়না পুজরকপদা বিষ্ণু খোংলোইশিংনা মুনবিরে। হে ইবুংঙো, থৌরম নংনা ভম্লোইদবদা ননাই ঐথোয়বু তাংজা ইকাইএ। অমরক হম্না থৌশিবিরগনো, হে মুমিংকী মচা নিপা, নঙোন্দা হায়জরবনে। অত্থুগুম্বা হস্তিনা লৈবাক অত্থুদি মহাপাপ চেনববু য়াম্না লৈএ। অত্থুগুম্বাশিংবু, হে ইবুংঙো, নংগী শরুক

নত্তবা ওইরে হায়নথিএ। অসুম্বা য়ারম অসিবু ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌদা খোংলোই অয়াম্বাশিংনা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিবা অসিবু গোপীচন্দ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অছুনা লেংলমএ হায়দত্রা ?

যম খোংলোই অয়াম্বাশিংগী চিঙোই ময়াথংবু ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চিত্রগুপ্তবু কৌশিন্দনা হায়খিএ। হে চিত্রগুপ্ত কৌবা নংগা ঐগা লোইননা খোংলোই অকনবশিংগা চংলুসে হায়না ইরোই থরোবী ভোংছনা চিংঙু ব্রহ্মা অখোইবগী শমু মখোংথাবু ইস্তানলক্লবদা য়াথং ভক্তি তৌনা থুরম্লবগা পাওহংজখিএ—হে ইবুংঙো, ননাই ঐনা হায়জবা য়ারম অসিবু নাত্তাবি-ও। সংসার ভাইবংপানবা অসিদা থোই-দোক্লিবা হস্তিনা লৈবাক মুংভাইবা অসিবু ননাই ঐগী বিষয় ওইববু লৈভরত্রা ? হে ইবুংঙো, নংনা হস্তিনা লৈবাক মুংভাইবা অসিগী পাপ মরম থায়-ও হায়না ননাই ঐঙোন্দা বিষয় পিবা নত্তত্রা ? মরম অছুগী দমক ননাই ঐগী খোংলোইশিংনা মহাপাপ চেল্লবা অছুশিংবু লৌরুবদা বিষ্ণু খোংলোই অয়াম্বাশিংনা য়াংলৌ লমথাংদা মুন্দনা পুখিরে। অসুম ভাংজা ইকাইবা অসিবু শ্রীনারায়ণ কৃষ্ণনা ননাই ঐঙোন্দা পিনরে। অসুম ভাংজা ইকাইববু নংহল্লবদি ননাই ঐদি পাপ-পুণ্য মরম থায়না য়ায়েনববু ওয়রোইএ। য়াথং অমরক হন্না হায়বিরগনো হায়ববু নাতারবদা ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা ধ্যান পুক্লিং তৌনা য়েংলুবদা একাদশী ব্রত অচৌবগী পুণ্য মতিক অরুবনা কাথিবনে হায়ববু খংলুদনা চিঙোই পাওমেল্লকএ—হে ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌ-ও, একাদশী ব্রত অচৌবা অসিবু বেদ-শাস্ত্র খৈবিক্না সার মচিনে হায়নরিএ। অসিবু ভোজরবা মী অছুশিংদি অমরক হন্না মীগী মপোক ওইদরে। মপোক খুদিংগী মহাপাপপু য়ায়া ভোরক্লবম্নুং

একাদশী ব্রত অমুক্তনা পাপকী মথৈ অয়াম্ববু কোকখিএ হায়নরিএ। একাদশী তিথি মাকমৈ অহুদি কৃষ্ণ মহাকশাংনে হায়নরিবা অহুনে। মহৈ অরুবা অহুবু হে যম নিংথৌ-ও, ঐনা নঙোন্দা হায়বা ওয়রোইএ। অস্নুম্বা মহৈ অচৌববু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না ভাদনা মাগী লৈবাক্তা লৈরিবা শা-উচেক্চিংনা পুম্নমকপু ব্রত চাকহেনহল্লে। স্বর্গ অমা কানথিবনে। চৌজিক ঐনা নিংবা অমতবু লৈএ। রুকাঙ্গদ নিং-থৌরেম্না একাদশী ব্রত চাকহেল্লিবা অসিবু কায়হল্লগে, অহু কায়হল্লবদি নংগী শমু খুহুম চল্লগেনে। নংস্ু যম নরৈবাক্তা হনরাইখিরো। ঐস্নুং নংগী উনবী পুক্নিং থুংনবা থৌরাংবিগে হায়রবদা ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌদি চিত্রগুপ্তগা লোইননা যম মরৈবাক্তা হনরাইখিরে।

চিংগু ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা উনবী লৈনিংশিংনা থল্লুদদা থম্মোই লকাম্নুংদগী কন্যা নিংথিবী অমবু পুথোক্লে। কোলোই মমিংথোংদি মোহিনী কৌএ। মশক-মঙাল-মওং নিংথিবনা সংসার পুম্নমকপু উনবী পুক্নিং শুমহৎলে। অহু তুংদা চিত্ত থম্মোইম্নুংদগী মদন কৌব: নিপা অমস্নুং পোক্লে। শমু মহাকশাংবু থোইনা নিংথিএ। শমু মথোং মথুং অনিমক্কী থুজিল মঙা নিংথিবনা লোইদাম থাজ মচেৎ মানববু শুমজৈএ। শমু মথুংশুদি পুষ্প লৈরম থৈবিক্কা ভিল্লিববু লীরুং মথুংশুবু ওইনৈএ। লৈরাং মহাক অহুনা লিরি ওইএ। শিঙেল লৈরম অয়াম্বনা রাইরা মতেনচাবু ওইনা পিরবদা ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা হায়খিএ —হে ইপারি নিংথিবা-ও, নপন ঐনা হায়বা য়ারম অসিবু নাভা-ও। সংসার পুম্নমক্তা লৈরিবা মুপী-নিপা পুম্নমকপু শমু নংগী খুহুম চল্লা লেপ্লা শুমজৌ-ও হায়ববু নাভারবদা কামদেব কৌবা লাইগী মচা অহুনা পাইমা উনগোইম্নুংদা ওয়া ওয়া থল্লুরে। ইপা ব্রহ্মা

লাইনিংথৌনা পিবা তেন অসিদি শিঙেল লৈগী তেন তম্বোং অম্বোংবা অসিনদি মালেম তাইবং পানবা পুম্নমকপু করম্না শমু থুত্থম চনপবনো পুক্কিং থাজরদে। ইপা ব্রহ্মাগী থম্মোই অথিবদা য়াইরা লৈগী তেন অসিনা পান্দমদনা য়েংথিগে হায়দনা কামদেবনা শিঙেল লৈগী লীকং তেনবু শমু থুত্তো ঙনা য়াইরা পান্দমলবগী মপা ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী থম্মোই অথিবদা য়াইরা লৈগী তেনবুম মঙামল্লা পাল্লরে। ব্রহ্মা মহাত্মা সংসার পুম্নমকপু ঙমলুরো হায়না পিথিরবনিগীনা ব্রহ্মা শমু মহাকশাংবু মালেম লৈদা তুথিরে। য়াইরা লৈগী তেনপান মৈচাক অকনবা অহুনা তাংজা মরৈ তম্না মমোম মোহিনী নিংথিবীবু ঊনবী পুক্কিং হুনা চেংলৌ মিংচি তেম্না পুক্কিং পাম্না য়েংলকপবু মমোম মোহিনীনা তাংজা ইকাইবনা মমাই মথা পাংনা লৈথোকথিএ। লৈথোকপা অহুব ব্রহ্মা লিশিং অমা শুবা অহুনা মাইকৈ মথোং হাংদনা হম্না হম্না য়েংলম্নবগী মমোম মোহিনী নিংথিবীনা পুক্কিং কলচাও থোইনা পাওমেল্লকএ—মালেম তাইবং পানবা অসিদা য়ায়েল থোদারিবা নংনবু থোরম থৌহৈদবা কামগী লমচংপু নচা ঐঙোন্দা করিগী ককথংপা ঙমদনা য়েংলিবনো? ইপা ওইবা নংনা নচা ঐঙোন্দা তাংজা ইকাইববু পিরবনিগীনা ঙসি কোয়ৌ হুমিং-মথৈবু সংসার পুম্নমক্কা য়ায়েল থোদানরিবনে হায়না পূজা ঈরাংনরিবহু ঙসি কোয়ৌ হুমিংকী মথৈবু তোক্লসনো হায়না মপা ব্রহ্মা লাইনিং-থৌবু মীচৈরে। মচা মোহিনীগী শাপ মীচৈবা অহুবু নাত্তারবদা চিংঙ্ ব্রহ্মা শিদবনা অমরক হম্না মচা মোহিনী নিংথিবীবু য়াথং শাওনা হায়রকএ—ঐগী অমোলববু লৈত্তনা, হে ইমোম, নংনা ঐবু শাপ মীচৈরবদি নংস্থু ঐগী হুচা ওইরিবগী দেব মুর্ত্তি শংশংবা অসিবু

কোক্লদনা ভাইবং নমূ মীওইবগী মথা পোমববু ওইরক্ল-ও। দেব লাইগী মশক মভাল ওইরিবা পুম্নমকশুং মাংলসনো। ইচা নংনা নপা ঐবু পুক্লিং অন্নাববু শাপ মীচৈ পিরববু ওইরবদি হে ইমোম নংসু মহাদেবগী মিংয়েং মৈচাক্লা উংকৗ মপৈ ওইনা তুমসনো। অস্নুম্না হায়নরিবৈঙদা নারদ মহামুনিরেনবু ফাওরক্লে। মুনি অথোইবা অত্তুবু চিংঙু ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা চেংলৌ শকউরবগী পুক্লিং হরাও থোইনা পাওমেন্নকএ—হে নারদ মুনিরেন-ও, মালেম তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা হস্তিনা লৈবাক মুংভাইবা অত্তুদা ইমোম মোহিনী অহেনবী অসিবু পুদনা থুনা চৎথি-ও। অস্নুম চৎলবগা রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেনগী একাদশী ব্রত চাকহেন অচৌববু কায়হল্ল-ও, নিংথৌ মহাকপু ম্নাথং সত্য তৌহল্লবগা ইমোম মোহিনী অহেনবী অসিবু নিংথৌ মঙোন্দা পিরক্ল-ও। ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী উনবী পুক্লিং থুংনবা মতৌ অস্নুম্না থৌরাংবিরক্ল-ও হায়রবদা নারদ মুনিরেন অথোইবনা মোহিনী অথোইবীবু পুরক্লনা চৎলক্লে। অস্নুম্না চৎলিবৈঙদা নারদ মুনিরেম্না ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মচাম্নুপী মোহিনীদা চিঙ্গোই পাওমেনথিএ—হে মোহিনী নিংথিবী-ও, নংনা নশাগী গর্ভদা পোক্লকৈঙেগী মায়মবু ঐনা থংলিএ। মালেম তাইবংপানবা অসিদা হস্তিনা লৈবাক মুংভাইবা অমা লৈএ। অত্তুদা রুকাঙ্গদ নিংথৌ কৌবা অত্তুনা মনাই মশন পুম্নমকা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবব্রু ভৌরিএ। ব্রত মহৈ অচৌবা অত্তুনা হস্তিনা লৈবাক পুম্নমকপু মতম কাল শুরক্লবদা নোংমনথিরবা-শিংবু বিষ্ণু থোংলোই অকনবশিংনা যম থোংলোইশিংগী শমু মথুবাক্তগী মুনথিদনা কোম্নৌ নোঙাথিএ। মরম অত্তুগীবু ধর্মরাজ যম নিংথৌনা চেংলৌ মম্নিং থিংনা উরবগী নপা ব্রহ্মা লাইনিংথৌদা

য়াথং ভক্তি তৌনা হায়রজখিএ। য়ারম অদুগী দয়কপু নপা ব্রহ্মানা থম্মোই মাগী লকায়ুংদগী শেম্নকপনে। নপন ব্রহ্মাগী য়াথং মীচৈ মচুং ইয়া নমু মীথা পোনপু-ও হায়রকপা অদুবু রুকাঙ্গদ নিংথৌ রেনগী একাদশী ব্রত অচৌবা অদুবু উনবী পুক্লিং ওয়া কায়হন্নো হায়না ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা হায়রকপা য়ারম থৈবিকপু নারদ মুনিরেম্না মোহিনী নিংথিবীদা য়ারম ওয়া থংহন্দনা অস্থুম্না চংলকপবু হন্তিনা নৈবাক মুংঙাইবদা য়াইথুংলরে।

অস্থুম্না থুংলরবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌগী কোন্নুং পনপান অয়াং-থংবগী উমং নিংথিবা অমা লৈএ। উমং নিংথিবা অদুদা মোহিনী অহেনবীবু থম্মমলবগা মুনি মহাক্তি রুকাঙ্গদ নিংথৌগী মাং শংশংবদা চংলক্লে। রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না নারদ মুনিরেনবু চেংলৌ শকউরবদা আসন নিংথিববু থানা কমকমহল্লে। মুনি পূজা ঈরাং পোং পুম্নমক্তা নিংথৌ থুদোন য়াওনা কংচথিএ। হে মুনি অথোইবা ও, উনবী পুক্লিং ওয়া নাতাবি-ও, ননাই ঐগী য়াইকবনা সনা ঐগী য়োইকোম্নুং অসিদা চংলক্লে। হে মুনি অথোইবা, নংদি তীর্থ লাইকম থৈবিকপু য়োরুরবনে। ননাই ঐগী কোন্নুং অসিবু শোকপিরবদা ননাই ঐদি মহৈ লেপ্পা য়ানবা নিংথৌ ওইরে হায়ববু নারদ মুনিনা তারবদা পাওথুম্নকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, ঐদি তীর্থ লাইকমদগী লাক্লে। ব্রহ্মাগী কোন্নুংদগী লাকপনে। ঐনা লাকপদা য়াংলৌ লম-থাংদা নারী মুপী ওইনা চেংলৌ মশক য়ায়া ফজরবী অমবু উরমএ। লমদম অরাপ্পবু নত্তে, নিংথৌ নংগী অয়াং থংবা উমং অদুদা লৈরোএ। হে রুকাঙ্গদ নিংথৌ-ও, য়ারম নাতৈদি থম্মু থমথিসে। ঐনা উরকপবু লরারেনগী রম্ভা অপ্সরানচিংলিবা মশক থোইনা ফববু কয়া উরক্লে।

মখোয় অহুশিংগা মায়বা ওইদে। হে নিংথৌ-ও, মমাক নিংথিবী অহুম্বু উৱবদা পূর্ণিমাগী থাবু হেল্লা ভাম্না নিংথিত্রে। য়ামেন খোংচি-ত্তোম্না তাওজিং কংথোই হৈগী হৈয়াং মচা মালত্রে। পিঙম পাকোই নিংথিবা অনিময়া উনবী পুক্নিং হুপ্না মহামায়া লীক্নং ওই, মোমোন নোকপা মাইথোংমা পুক্নিং থোইনম নৌহৌবা অহুনা কাম্নগী ভেনবু ওইয়ে। চেংলৌ মিংচি থাজক য়েংবনা সংসার পুম্নমকী উনবী পুক্নিং তুম্মাংপবু ওইজৈত্রে। নাত্তোন মভা হেনবনা তিল থোইদিং মপানবু হেল্লা নিংথিত্রে। চিন্থাল মোইকাইরেং নিংথিবনা শাবন তম্লাল হৈবু ভমজৈত্রে। শমু মহাকশাংবু পুকমুং চংবী লায়োল থোক্কুম নিংথিত্রে। শমু মথুদোন থুংকাং চাংজৌ তয়ামকী খুজিল মোইকাংতোনবু চম্পা লৈহাও মপোপকুম থাজ্ঞা তরা থোক্কুমত্রে। থ্বাং পমশি থোংবু য়েংবদি বসন্ত লৈপান থাগী ভল্লা য়েম্নিং অনৌথবু ভমজৈত্রে। কুচ অনিমকপু চেংলৌ মিংয়েংবদা য়ুবী হৈয়োলথোক থাগোক হৈয়াংচান অনিমকপু ভমজৈত্রে। শমু মহাকশাংবু মিংথি পুক্নিং হুবী অহুগী মময়চংপু শামু লমশা লমচংনৈত্রে। মতৌ অমুম্বা মুপীদি ওন্থোকত্রে। হে রুক্মাঙ্গদ নিংথৌয়েন-ও, ঐনা লৈবাক থুদিংদা কোয়রকপবু উৱক্তুরিত্রে। দেব লাইগী মচায়া, তাইথং নমু পোংগী মচায়া, মীওই অসিনে হায়ববু থংজক্তে হায়ববু তারবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌয়েম্না অময়ক হুম্না হায়রকত্রে—হে মুনি অথোইবা ও, নংনা লৈ হায়বা মুপী অহু ভাম্না থুনা চংসেমসে। নংগী থোজ্জাল নন্দনকুদগী নায়ৌ মুপী নিংথিবী অহুতবু ঐবু উহনবি-ও। নমাই ঐগী উনবী পুক্নিং হুনা নিংলুম্নবগী শমু হৈহাকশাং অসিবু কাম ত্তেনপান মৈচাক্ল মুনি নংগী জিজোই ময়াথংদগী হকচাং মৈচাক শিনলক্লে, থিনবিরগমো। হে মুনি

অথোইবা-ও, থুনা য়াংনা কল্লা অত্থুগী মকম অত্থু তান্না চৎলসে হায়রবগী নিংথৌ পুক্লিং অইনবা অত্থুবু উরদনা নারদ মুনিরেম্না রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনবু ভাইরোইননা চৎলক্লে।

মোহিনী নিংথিবীদি পামেল উমং মুংভাইবা অত্থুগী তল্লা উথোং-থাদা শিভেল লৈবু হেক্লা লৈভমএ। মুনি নিংথৌ অনিমকপু থোই-মোম লাইগী মচা মোহিনী নিংথিবীনা চেংলৌ মিৎচিত্তোন্না হায়রপ্ য়েংথোক্লকপবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনদি উনবী পুক্লিং হুনা শুস্কাৎলবগী নারদ মুনি অথোইবনা চিংভ্ ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম মোহিনী অহেনবীদা য়াথং লৈশি-লৈথোন্নরা পাওমেনথিএ—হে ইবেম্মা মোহিনী অহেনবী-ও, লাক্লিবা অসিবু য়েংলো, উব্রা ? রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্নে, য়াম্না মতিক মঙাল চাওবা মহাবৈষ্ণব অথোইবনে। তত্তুনা একাদশী ব্রত অচৌববু তৌনা মনাই-মশল অয়াম্ববুস্লুং পিজ পামুদে, পিনা হালয়েংদে। নিংথৌ মতিক গুণ অচৌবনা চিংভ্ ইন্দ্র সরারেনবু ভমজৈএ। সংসার পুম্নমক্তা লৈরিবা লৈবাক নিংথৌ পানবা থৈবিক্তা মাম্নদে। অস্তুম্বা নিংথৌ অসিবু মুনি ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংদগী নিংথৌ নপুরোইববু ওই-ও। হে মোহিনী অহেনবী-ও, চেংলৌ নশক উগদবগী নিংথৌ পুক্লিং য়ারকএ। হস্তিনা লৈবাক অসিগী মহারাণী ওইনা নিংথৌ লৈবাক মপুগা য়ায়েন থৌদামিনৌ-ও হায়বগী মুনি চিজোই ময়াথংবু নাভারবদা মোহিনী নিংথিবীনা মচিল মোমোন নোক্লা হায়রকএ—হে মুনি অথোইবা-ও, ননাই ঐনা হায়ববু নাভাবি-ও। ঐদি নয়ু ভাইবংপানবগী মীপোকলেন্দা পোক্লকতে, চিংভ্ ব্রহ্মা শিদবগী থম্মোই লকামুংদগী পোকপনে। থোইমোম লাইগী মচানিগীনা মুনি-ঋষি পুম্নমক্তা ঐগী ইতিক গুণ

অচৌবা অসিনা উনবী পুক্সিং শুম্মাংনরিবা অতুনে। গন্ধর্ব্বনচিংনা চিংগু মাইকৈ ঙাকপা নিপানমরুচিংনা খোইমোম লাইরুপ পুন্নমক্লা ভক্তি সেবা তৌনরিবীনে। ঐবু তাইবং নমু পোং ওইবদা লৈ-ও হায়বা অসিবু ননাই ঐনা কোলোই পাওখুমঙম্লোইএ। খোইমোম লাই চম্নুগা তাইবং নমু পোংওইবগা লুহোং খোংদোং-ও হায়বা অসিবু খৌরম মতিক মপা ওইবরা, ঐদি পামেল উমং অসিদা শিডেল লৈবু হেকচগে. হায়না লাকচবনে। হে মুনি অখোইবা-ও, লাইগা মীগা লুহোংএ হায়বা অসিবু ঐগী কর্ণ ইনাকোংদা তারক্তরিএ। হন্দক্নী খৌরম ওম্নোকপা অসিবু ঙাকপি-ও হায়ববু নাতারবদা হে খোইমোম লাইগী চম্নু অহেনবী-ও, মুনি ঐনা হায়বা য়ারম য়াথং অসিদি খোইমোম দেবী, দেব, মুনি, ঋষি পুন্নমক্লা চিংলিবা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ মহাকপু মুনি ঐনা হায়বা য়াথং অসিবু নংনা হেন্দোকপিদে হায়ববু নাতারবদা মোহিনী নিংথিবীনা হায়রকএ—হে মুনি অখোইবা-ও, থাইনা লহান মাংদা ননাই ঐনা য়াথং য়াশকথিবা অমা লৈএ। ঐনা য়াশকপা মহাক অতুদি খোইমোম লাই ইমায়ববু ওইরবস্নুং, তাইবং নমু পোংবু ওইরবস্নুং, দানব হিংচাববু ওইরবস্নুং ঐনা হায়বা য়াথংবু ইনবা অতুদা স্বামি ইপুরোইববু ওইগে হায়না য়াশক্লকএ হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না মোহিনীগী মমাং শংশংবদা য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুম্না হায়রকথিএ। হে শরিশো, ইবেন্মা পূর্ণিমাগী থাগুম চেংলৌ মাইথোং ওইরিবী-ও, নিংথৌ ঐগী থরাইনা লৈরিবা মথৈবু হন্তিনা লৈবাক অসিদা ইনাই ইশন পুন্নমকপু মংগী য়াথং মতুং মইল্লগে হায়রবদা নারদ মুনি অখোইবনা হায়রিথিএ—হে মোহিনী, নংনা তৌরকপা সত্য অতুবু নিংথৌনা নমাং শংশংবদা সত্য

য়াশক ভোরে। হৌজিক্তি শেপ্পা মবৈয়ো হায়রবগী মুনি অথোইবা অহুগী কোলোই ময়াথংবু নাত্তারবদা মোহিনী শকহেনবীনা শিঙেল পরেং ঙকোই নিংথিবা অমবু শেম্নরবগা শমু খুত্তা পাইনা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী থৌরী ঙক্কোই নিংথিবা থাবা লিকথোল্লমদা হুকল্লরবগা শরেন য়েংওইননা অহুম্নক কোয়রদনা রুকাঙ্গদ নিংথৌগা নারদ গোষাই অথোইবগী শমু মথোংথাদা খুরম্নরে হায়দত্রা ? হে ইবুংঙো, নংগী থৌজান্দগী উনবী পুক্রিং থুংলে। শমু মরেপ মেম্বনা কোয়ৌ নোংমদোনবু শমু খুংনা লাম্না ফংলুববু মওইরে হায়রবদা নারদ মুনি অথোইবনা ঐদি স্বর্গ লাইরৈবাক্তা চংলগে, হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নংগী চাম্নবী থোইমোম লাইগী মচা নিংথিবী অসিগা লোইননা নংগী সনা য়োইকোম্নুংদা হুংঙাই মরাং কায়না পাল্লু-ও হায়রম্নবগা নারদ মুনিস্নুং চংথিরে। রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্নুং চিংঙু ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম্ন নিংথিবীগা লোইননা সনা মাগী য়োইকোম্নুংদা চংলক্লে। থোংলোই অয়াম্বাশিংনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবদা মপা নিংথৌনা তৌরকপা থৌরম অয়াম্বা থৈবিকপু পাওক্তমখিএ। থোংলোই ময়াথংদগী নাত্তারবদা পুক্রিং হরাওথোইনা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজনচিংনা য়াংঙৌ লমথাংদা লমওকঙমএ। সন্ধ্যারাণী মহারাণীস্নুং য়োইবু য়োইহৈ পুম্নমকপু ঙাইরোইননা সনা য়োইকোম্নুংদগী চংথোক্লকলে। নিংথৌগী ঊশৈ শকপা, অগোল্ শাবা পুম্নমকস্নুং চেলনরক্লে। মোহিনী, রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্নুং, মশানৌ সন্ধ্যারাণী, ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবনচিংনা মথোম্ন অসি থৈবিকপু লোইননা সনা য়োইকোম্নুংদা চংলক্লে। অহিং-মুংথিল অনিম্নকপু রুকাঙ্গদ নিংথৌদি মোহিনীগী পুক্রিং অপাম্বদা মুংশিমথৈ লৈত্তনা হুংঙাই মরাং কায়নখিএ। মপারি

ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদা পাওমেনথিএ। হে ইপারি-ও, নমা মোহিনী অহেনবীগী উনবী পুক্লিং সুংঙাইনবা অহিং-সুংথিল নাইদনা থৌরাংবি-ও হায়রম্লবগা সনা মোইকোয়ুংদা সুংঙাই মরাং কায়না লৈখিরে।

অতোম্বা লৈরিবৈদা দশমী ভরানি পানববু থোক্লরে। রাংলেম পুংজাও য়েনা পাওজেল্লকলবগী পুংৱৈ থোক্লেল তারবদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্নমকপু কাথংলক্লে। নিংথৌ শমু মহাকশাংম্মুং চিনকুপ য়াথিন্দনা উনরী পুক্লিং ভগ্না লৈভমএ। মোহিনী নিংথিবীবু কোলোই য়াথং অমেংবনা পাওকোদনা রায়ম অথোইববু হায়থিএ—হে থক্লাই ঐগী চাম্নবী-ও, ঙসিদি ভরানি পানবা একাদশী হোবা থোক্লকলে। ঐগী লৈবাক অসিদি শা-উচেক্লচিংলিবা পুম্নমকপু একাদশী ব্রত তৌএ। চাকহেন অরুবা অত্তবু তৌরিবৈদি লৌনিংবা, চানিংবা, অপাম্বা, কনচাওবা পুম্নমকপু হুন্জেকতনা পূণ্যগী মতুম ওইবা অথোইবা চাকহেন অসিবু তৌরমএ। নংস্মুং হৌজিক্তি ঐগা লোইননা একাদশী অচৌবা অসিমু তৌমিন্নসে হায়রমা নিংথৌনা হান্নরবদা থোইমোম লাইগী মচা মোহিনী নিংথিবীনা য়াথং শাওনা পাওথুম্নকএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, থৌরম মচং নত্তববু হান্নগনো। নিংথৌ লৈবাক মপু ওইরিবা নংনদি একাদশী ব্রত তৌবা হায়বদি হৌনদে। নিংথৌ ওইবা নংগী নরমচংতি জপ-তপ-হোম-যজ্ঞ তৌবনঙিংনা পিন-পিজাইহৰা অত্তুদবু নিংথৌ ওইবা নংগী নরমচংনে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌবা হায়বদি অহল মতম ওইরক্লবা বৈষ্ণব বৈরাগ্য ওইরবা অহুগুম্বা মীওই অহুশিংনা পুক্লিং লাইনিং চেৎনা একাদশী ব্রত অথোইববু তৌঙৈমে। নিংথৌ ওইবা নংবু একাদশী

ব্রত অচৌববু তৌ-ও হায়রবদি বেদ পুরাণ করম্বদা হায়রিবনো? য়ারম অসি খংনা ব্রত চাকহেন অরুববু ভৌগনো হায়রবগী খোইমোম লাইগী মচা মোহিনীগী চিঙ্গোই ময়াথংবু তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা য়াথং অময়ক হন্না হায়জখিএ—হে ইবেম্মা, একাদশী ব্রত অচৌবগী মত্তিকতি ঐনা খংখিরে। ব্রত অরুবা অসিবু কায়-এ হায়রবদি ঙাকপি-ও। নিংথৌ ঐগী হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক অসিবু শা-উচেক পুম্নমক্না চিংলিবা থৈবিকপু ব্রত চাকহেন অরুববু ভৌদফরোইএ হায়না য়াশকখিরে। অতৈ ব্রত অমবু তৌরুদে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু নিংথৌ ঐগী লাইনিং ওইনরিবনে। ঐনা ভৌজরকপদি একাদশী তরানি পানবদা ঙা য়েনশাং য়াওদনা কোরৌ মুমিং চাইথিরবগী গুমিদাং য়ুথক মঙাদা চরা অময়ক্তা চাইএ। তরামাথোইনি পানবা অতুদি চরা অনিরকপু চাদে। দ্বাদশী তরা-নিথোইনি পানবদা লেয়্রে ঙানা চিংলিবা শংলৌ মনা-মশীং অয়াম্বা য়োইয়োই থাওনাচিংলিবা পুম্নমকপু য়াওদনা চরা অময়ক্তা ঘিগা চাগদনে। অহিং মুংখিল অনিমা তুমফরোইএ। শত্রং, চৌবর, লিকোল শানবনচিংনা লোভ, মোহ, কাম, ক্রোধ ময়ম মরিমকপু হুনজেকঙেনে। কাংথোল ফমজাও হিপ্পা তালোই লুমতিম্নহৈদে। ময়ম অসি থৈবিকপু হেলএ হায়বা অতুবু নাতারবদা চিংঙু ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম মোহিনী চেংলৌ শকোই হেনবীনা পুক্নিং কনচাওথোইনা হায়রকএ—হে নিংথৌ-ও, নংগী রাজনীতি লমচৎ হৌনবা অতুবু মভৌরো। অস্তুম্না তৌরবদা অহিং-মুংখিল অনি অতুম্না অতুগী মুপী ওইবা ঐখোয়গী বিষয় পুক্নিং পেম্নবদি কনা ঙাকপিগবনো? হে নিংথৌ অথোইবা-ও, মুপী ওইবা ঐখোয়গী কাম

মায়ানা শরুক নিপাল হেল্লিএ হায়ববু নিংথৌ নংনা খংলিবা অদুনে। সংসার পুম্নমক্কী জীব খরাক পুম্নমক্কা শৃঙ্গার রস চিঙ্গাক মুংভাইবা অদুনা উনবী পুক্নিং পেম্মা হরাওনরিবা অদুনে। অদুগুম্বা চিঙ্গাক অথোইবা অদুবু ঐবু করম্মা হেল-ও হায়বনো? ঐদি হেনভমলোইএ। হৌজিক্তি ঐনা হায়বা য়ারমস্তুং তোককরোইএ। নিংথৌ নংগী নীতি লমচৎ হৌনবস্তুং কায়গনো। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, খুনা কোলোই পাওখুম-ও। নারদ মুনি অথোইবগী মমাং শংশংবদা য়ারম ভাংনখিববু মতম মমিং কুইখিদরিএ। য়াথং অদুবু নংনা ঐগী কোলোই ইয়াথং অসিবু ইনবিরোইএ হায়রিবা অসিবু য়াম্মা ক্বত্তবা নিংথৌ ওইরে। য়ারম অমস্তুং ঐদি খোইমোম লাইগী মচানে, হে নিংথৌ নংদি ভাইবং নমু মীনে। ঐগী কোলোই ইয়াথং অসিবু য়াথং হিকথোককরোইএ হায়না অস্নম্মা নিংথৌ-মোহিনী অনিমক্তি বাহায় নিংভাই শাংভানরে। য়োইবু য়োইহৈ পুম্নমক্তি নিংথৌ সনা খোংথৈরেন্দা নমু মীয়াম ভিম্মা ভাইথমলিএ। মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবস্তুং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্নমক্কা সভা মীয়াম ভিম্মা লৈরবগী ইপা নিংথৌবু লাক্তরে হায়না সনা য়োইকোম্নুংদা চংলক্রে। কোরৌ নোংজা খুদিংদি একাদশী থোক্লকলে হায়রবগা ইপা নিংথৌনা হাম্মা থোরকপনে। মনাই-মশল অয়াম্ববু হাম্মা থংহল্লে। ইমা খোইমোম লাইগী চম্নুগা য়াথং নিংভাই তৌনবা করম্ববু লৈরবনো হায়না বারম অসি থম্মা যুবরাজ মথোক্লকপনা মমা-মপা অনিমক্কী সনা মথোংথাদা থুংলরে। মপা নিংথৌগা মমা মোহিনীগা অনিমকপু খুরুম্নবগা য়ারম অয়াম্বা পুম্নমকপু হায়বা হৌরক্লে—হে ইপা নিংথৌ-ও, লৈবাক পুম্নমক্তি নিয়ম ভিনখৎলক্লে। ইপা ইবুংভোদি ওসিবু দশমীনে

হায়ববু খংদরব্রা ? ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্নমকপু ভিন্নবা অসিদা ইপা নিংথৌনা লেংদনা লৈম্বিবা অসিদি থৌরম মশক ফজদরে হায়রবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মচা য়াথং তাররবদবু মপা নিংথৌমা উনবী পুক্লিং লুংভাইত্তনা কোলোই পাওথুমদে। মমা মোহিনীনা পাওথুম্লকএ— হে তাইবং মীগী গর্ভদা পোক্লিবা নংস্নু য়ায়ম নত্তিক নত্তববু করি হায়রৈএ হায়না য়াথং অথা থোক্লা হায়দোক্লকএ। ঐথোয়দি অস্নুক কুইনা লৈরববু একাদশী কৌববু খংলক্কে। একাদশী খংববু নপা-নচাদা ভাইরে। ঐথোয়না খংবদি একাদশী তৌবা কৌবদি সন্ন্যাসী ওইবা বৈষ্ণব ওইবশিং অত্তুনা তৌগদনে। মথোয় অত্তুনা তৌবা থৌরম অত্তু থৈবিকপু নিংথৌ নভোন্দা ওয়া চংলকএ হায়ববু নাভাইএ। নিংথৌ ওইবা নংগী নরমচংতি লৈবাক পুম্নমক্তা পিজ-পামুদা, পিনা হালয়েংদনা লৈবাক পুম্না য়োকপহুম নিংথৌ নংগী নরমচংনে। নিংথৌ ওইবা মীনা একাদশী ব্রত চাকহেল্লি হায়বদি ঐথোয়না বেদ লাইরিক পুম্নমক্তসুং তারক্কে হায়বা অত্তবু তাররবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবনা হে ইমা ইবেম্মা-ও, হন্দক্কী একাদশী ব্রত অসিবু কায়হনবিগনো। ইমা-ইচা ঐথোয় অহম্মক য়াওনা তৌমন্ন-রুসে। মহৈ অফবা ওইরবসুং, ফত্তবা ওইরবসুং ঐথোয়গী লায়নববু অসি মওইরে হায়না মনিংঙৈজেএ হায়ববু নাভায়বদা মোহিনী নিংথিবীনা অমরক হম্না য়াথং অথা থোক্লা হায়হংলকএ—ঐবু থোইমোম লাইগী মচানে হায়ববু খংদব্রা ? ঐভোন্দবু মংগুম্বনা তাকদবা নত্তিক ওইব্রা হায়রবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজবু ভাংজা ইকাইনা মাইথোং মমেং তানা চেংলৌ শকথোং মকথিএ। য়ারম অসি মতুংদা নিংথৌ মত্তু সন্ধ্যারাণীস্নু চংলক্লে। থৌরম অরুববু হনজেক্তনা নিংথৌ ইপুম্নোইবনা

থোইমোম লাই চন্নু অমবু ফংজক্করগা পুক্লিং করিগী থৌকাওরিবনো, নুপী ওইবগী শৃঙ্গার রসতা নিংথৌ ঊনবী পুক্লিং শুন্মাংলবামাক্নে রারম অসি থন্না মোহিনী অহেনবীগী শঙ্গাই ন্নুমলেননুংদা চংলক্নে। অদুম চংলকপদা নিংথৌ মপা-মচাবু মাইথোং লাংহৎনা ফম্মমএ। অদুবু চেংলৌ শকউরবদা মোহিনী নিংথিবীনা কলচাও মৈরা থোক্না শাওরম্মবু উরবগী মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদা পলেম মমা সন্ধ্যারাণী অহেনবীনা নাপা চিকথেম্নগা পাওহংথিএ—হে ইপারি-ও, নমা লাই চন্নুগা নপা নিংথৌগা অনিমক্না শমু নামুক্করিবা অসিবু করিনো ? নংস্ব কোলোই পাওথুমদনা লৈরিবা অসিবু করিনো হায়রবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবনা হে ইমা মহারাণী ও, ইমা থোইমোম লাইচন্নু অহেনবী অসিনা ইপা নিংথৌগী একাদশী ব্রত অচৌববু ককথংলে হায়বা অদুবু তারবদা সন্ধ্যারাণী নিংথিবীস্নুং ঊনবী পুক্লিং রানা চিন্তা পোংলুম পু, নিংথৌ মপুরোইবগী একাদশী ব্রত অচৌববু করম কায়নবনো হায়না মোহিনী অহেনবীদা রাথং অমেংবনা রারম হঙ্গংচখিএ। একাদশী ব্রত অরুবা অসিবু নিংথৌ ইপুরোইবনা হস্তিনা লৈবাক অসিদা ঐগী থরাইনা লৈরিবামথৈ কায়ফরোইএ হায়না রাশকখিএ। নিংথৌ রাশক মতুং ইন্না লৈবাক পুম্নমক্না ব্রত চাকহেল্লিএ। শগোল, শামুনচিংনা চোংথা-তেনরা, অতাং নাওরা অপিশা, কাওরেন যণবী চাজেনবী, ঈরোই থোম থক্লিবা পুম্নমকপু থাক্তনা ব্রত চাকহেল্লিএ। অম্মুক লুবা থৌরমবু করম কায়-ও হায়রবনো ? হায়বিগনো। হে মোহিনী-ও, হৌজিক্তি নহাক য়াওনা ব্রত চাকহেনবি-ও। রারম অমস্নুং নংদি থোইমোম লাইগী মচানে, ঐদি তাইবং মীগী মচানে। থোইমোম লাইগী

মচানিগীদা লাইগী থৌরম অক্লবদি নংনা হেন্না থংলিবা অছুনে। ঐনা অমরক হায়হৌনবা ইত্তিক ওইদে। ব্রারম অসি থৈবিকপু তারবদা চিংগু ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম মোহিনী নিংথিবীনা পুক্লিং কলচাও থোইনা য়াথং মথা চিক্লা হায়দোক্লকএ—হে সন্ধ্যা-রাণী-ও, নিংথৌ-নমা-নচা অহুমনাভাইরে, লাইগী থৌরম থংববু নথোয় মওইরে। ঐগী ইনাক অসিদা লৈবিরগনো, থুনা চৎথোক-খি-ও। ঐবু থোইমোম লাইগী চমুনে হায়ববু সংসার পুম্না থংলিবনে। ঐগী ইমাং শংশংবা অসিদা ব্রারম নত্তিক নত্তববু য়াথং নচিল থিনা নংগুম্বনা করিগী ভাংলিবনো? নংগী নিংথৌ নপুরোইবা অসিনা ঐভোন্দা লাক্কনা ইমাং শংশংবদা য়াথং সত্য তৌরবা নত্তব্রা? হে ইবেম্মা নংনা হায়রিবা য়াথং মতুং ইন্না ময়ারগে হায়বা ব্রাশকপু করম কায়হনগে হায়রিবনো? অসিবু হায়দবস্তুং লৈবাক পুম্নমক অসিবু ঐগী ব্রায়েল চৎহনগে হায়বা নত্তব্র। হায়ববু রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেন্না নাতারবগী হে ইবেম্মা চিংগু ব্রহ্মা শিদবগী মচা-ও, ব্রারম হায়খিবা মহাক্নে। তৌইকুম একাদশী ব্রত অচৌবা অসিদদি কায়বা ওয়রোইএ, নংনা ভাকপি-ও। তাংজা ঐগী লুরেনতোনবু ককথংলবস্তুং ব্রত চাকহেন কায়বদি ওয়রোইএ। অতৈ থৌরম অয়াম্বা পুম্নমক্তি শমু নংগী খুতুম চনবা মওইরো হায়রবদা নিংথৌ য়াথং অত্তবু তারবগী দেব লাইগী মচানুপী অতুনা রুকাঙ্গদ নিংথৌবু কৌশিন্দুনা পুক্লিং কলচাও থোইনা য়াথং য়াম্না শাওনা হায়দোক্লকএ—য়াথং মীনম্বা ব্রাবু করিগী হায়রকপনো? নারদ মুনিরেনগী মমাং শংশংবদা সত্য শরি অহুম্নক শোনবা নত্তব্রা? মুমিৎ কয়া কুইথিরবনো? হে নিংথৌ অপংবা-ও; করম্না কাওরবনো? মুনি মত্তিক অরুবা অচুগী

মমাং শংশংবদা তৌরবা সত্য অহুবু কায়ককরোইএ। মুনি অরুবা অহুগী মমাংদা মাথং রাশকপগী মরম অহুনা দেব লাইগী মচা মুপী ঐনা তাইবং মীওইবা নংগী সেবা তৌরিএ হায়রবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেমা নাতারবগী পাওথুমকএ—ঐমুং মুনি অথোইবা অহুগী মমাং শংশংবদা একাদশী ব্রতবু কায়গে হায়রবা সত্য তৌখিদে। অতৈ থৌরম পূমমক্তি নংগী খুহুম ওইহনগে হায়রখিবা মহাক্কে হায়ররবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌগী মাথং অরেপ্পবু উরবদা মোহিনীনা হায়ররকএ—হে নিংথৌ পাপী অপংবা-ও, ঐগী ইমাং অসিদা লেপ্পা সত্য অহুমক তৌ-ও। ঐনা হায়ররকে, নাতা-ও। সত্য অহুম অহুদি—একাদশী ব্রত কায়বা অমা, নংগী নতু সন্ধ্যারাণী অসিগী স্তন অনিমকপু ককথৎপা অমা, নচা নিপা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজগী মওকপু ককথৎতনা বলি দান তৌনবা—মরম অহুম অসিবু নংনা পাম্বা অমতবু থুনা হায় ও হায়ররবদা মোহিনীগী মাথং অহুবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী মশানৌ সন্ধ্যারাণী নিংথিবীনা নাতারবগী থম্মোই লকাম্নুংদা প্রেম চৈরোইননা মাথং ভক্তি তৌনা নিংথৌ মপুরোইবদা রারম মুংশিববু হায়জখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং ওপ্পা নাতাবি-ও। একাদশী ব্রত অরুবা অসিবু নিংথৌ নংগা ঐগা উনবী পুক্লিং রানা, ধ্যান লাইনিং কায়দনা তৌজরকপনে। পুক্লিং খুবম হোংনা কদোনোংদা কায়ববু তৌবিরগনো। থোইমোম লাইচম্বগী উনবী পুক্লিং থুংনবা মাগী সত্য রাশক মতুং ইন্না ননাই ঐগী স্তন অনিমকপু লেনথোকপি-ও হায়রবা অহুবু তাররবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজনা নাতারবগী চেংলৌ মিং অনিমক্তা প্রেম থারা ঈচেমনা হে পলেম ইমা-ও, রায়ম অহুওম্বদি অমরক হন্না হায়বিগনো। ইপা

নিংথৌনা পলেম ইমা নংগী স্তন অনিমকপু লেনথোক্তনা প্রাণ থন্নাই হাৎকদবনু ওইরবদি অতুগী শক্তি একাদশী ব্রত কায়বনে, মুপী হাৎপা পাপনে অনি অসিগী মহৈদি মহাপাপ অম্মানে হায়না বেদ-পুরাণ লাইরিক পুন্নমক্তা হায়রিএ। ইপনলেন ইমা নংবু হাৎলবদি মুপী হাৎপা মহাপাপনা একাদশী ব্রত কায়ববু হেন্না ইপা নিংথৌগী শমু মহাকশাংদা কোলোই মিংলেম কত্তবনু য়াম্না চৎলৈঙেনে। হৌজিক্তি ইমা থোইমোম লাই চন্নুগী উনবী পুক্নিং থুংনব নপারি ঐবু বলিদান তৌবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা মপা নিংথৌবু খুরমজথিএ হায়দত্রা ?

রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা চরিত্র মরমচৎপু হরিভক্তি ওইরিবগী কোলোই ময়াথং নিংথিবনু তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না ধর্ম্মাঙ্গদ মপারি যুবরাজ নিংথিবনু মুংশি পুক্নিং চংনা প্রেম থান্না ঈচেন্নমা মপারি চেংলৌ শকোই হেনবনু থজাই লেংলোই চুপ, শম্নাং তোনগা নান্না কোন্দনা মিকপথিএ। রারম অসি মতুংদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা ব্রাহ্মণ পুরোহিত য়াওনা মন্ত্রি, পাত্র অভম্বা মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমকপু পাওকৌথংলে। লৈবাক মীয়াম পুন্নমকপু তিল্লবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা পাওমেল্লকএ—হে পাত্র লৈবাক কোয়বা পুন্নমক, নথোয়না লৌশিং য়াথল তৌবি-ও। নিংথৌ ঐদি লৌশিং মথোং থংদরে হায়বা অতুবু লৈবাক অয়াম্বনা তারবগী পাত্র অভম্বা পুন্নমক্তা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জথিএ—হে নিংথৌ অথোইবা ইবুংঙো, তাও। নারী মুপী ওইবনা স্বামী মপুরোইবগী য়াথং রাশক কায়হনগে হায়রিবা রারম অসিদি লমচৎ হৌনা নত্তে। হে মহারাজ নিংথৌ

অথোইবা-ও, ঐথোয়গী ইবেন্মা ওইরিবী থোইমোম লাইগী চম্নুনে হায়বা অসিদি দেব লাই তমথিবা হিংচাবা মুশীনে, থোইমোম লাই নত্তে, দেব লাইগী মচানে হায়শন্নবা মহামায়া তৌদনা'হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা নংগী একাদশী ব্রত অচৌববু কায়হনগে হায়না লাকপানরিভেনে। নৈবাক মীয়াম সভা অয়াম্বগী কোলোই য়াথং ফত্তববু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না তারবগী নৈবাক পাত্র অওম্বা পুন্নমক্কা কোলোই য়াথং অয়েংবনা হায়জখিএ—হে পাত্র নৈবাক কোয়বাশিং-ও, ঐগী ধর্ম্মন' অসুম .তৌও হায়বগী থোক্লরবনে। থোইমোম লাইগী চম্নু মোহিনী শকোংই হেনবী অসিদদি য়াথং ফত্তবদি হায়ররোইএ। একাদশী ব্রত অচৌববুদি কায়ব' ওয়রোইএ। ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ ইপারিবু প্রাণ থরাই হাংনা বলিদান তৌ ও হায়বা অহুবু লেপ্পা মংতৌরগে। ইচা হাৎপা মহাপাপ অচৌবা অহুদি হয়েং ঐনা শিথিরবগা শ্রীগোবিন্দ অথোইবনা রায়েন সাক্ষী তৌরমসনো হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী য়াথং অরেপ্পা অহুবু তারবদা নৈবাক অওম্বা পুন্নমক্কা তাংজা মরু লুক্কা মতোম মতোম উনবী লাংতক্লনা য়াথল-নথিদে। হস্তিনা নৈবাক পুন্নমকস্নুং দেব লাইগী মচা মোহিনী হায়না কৌবী অহুগী হাকতংন রুকাঙ্গদ নিংথৌনা মচানিপা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা পুক্লিং চংবী লয়োন থোকুম চেংলৌ শকোই হেনববু প্রাণ থরাই হাংনা বলিদান তৌনগে হায়না য়াশক্লে হায়বা য়ারম অসিবু নৈবাক মীয়াম পুন্নমক্কা হায়নথিরে। য়ারম অসুম্না নিয়থিববু কোয়ৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরারেনগী থোইমোম লাইরৈ-বাকপু য়ৌনা তাথিরে হায়দত্রা ?

য়ারম অসি মতুংদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি ইপা নিংথৌ

অথোইবগী একাদশী ব্রত অরুবগী য়াথং সত্য অয়েপ্পবু লেপ্পা মঙাক্লগে হায়না পুক্লিং মরাং কায়না স্নান তর্পণ তৌরে। সূর্য্য পুজানা ধ্যান লাইনিং খুদম হোংদা, পাইজ খুৎপাই থাদনা নিংজরবগা নিংথৌমচা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবদি চৈরৈ কিরোই নিংথিবা পুম্নমকপু থোম্লবগা নাপা কোনথোম্লম অনিমক্তা নয়ন চৌংলাই শাবা অনিমক অচুনা তকুপ তরেং উনবী পুক্লিং হুনা মুমিৎ মঙাল অরাববু ভমজেএ। তাংজা মাগী লুরেনতোন্দ' মুকুট সনা লুহুপ মঙান নাইনা নিংথিববু কোক্লেন মঙান নাইনা হাপচিল্লে। সনা-হেরা-মুক্তা থাম্নবা মালা পরেং নিংথিববু থাবা ওকোই নিংথিবদা লাডি থোইথৈ য়ৌনা থোল্লে। থৌরি জকোই নিংথিবদা মালা পরেং লিকপু হাপশিল্লে। তাংজা মরাইবক্তা গঙ্গা মৃত্তিকা নিংথিববু চন্দন মঙান নাইনা নল্লে। পাম্বোম থম্বৌ লৈয়োলগুম্বা অনিমক্তা শরাং তানজাও শি, তানচেপ মঙান নাইনা, খুৎসি পালোইননা চোইনৌ সনা খুৎশি নিংথিববু হাপশিল্লে। চাংজৌ খুৎকাং তরামক্তা চোইনৌ সনাবা খুদোপ তঙ্কা থিনববু খুৎকাং লৈতেং ওইনা উনবী পুক্লিং হুনা নিংথিরে। থ্যাং পমশিথোং নিংথিবদা সনা থাংশেং লমঙানববু শেৎশিল্লে। শমু মহাকশাং নিংথিবা অচুদা নিংথি লৈতেংপোৎ পুম্নমকপু হকচাং মঙান নাইনা শেৎলবগী চেংলৌ মিৎপু রাংনা চোইনৌ সনা ফুদোং মৈথাং কোনগুম উনবী পুক্লিং হুনা নিংথিরে হায়দব্রা ?

ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা মহাকী মতু নিংথিবীদি চামরিনে। অচু থৈবিকপু চেংলৌ শকউনরমগে হায়দনা লৈতেং পোৎলোই নিংথিবা পুম্নমকপু শেৎপা লোইরবদা মরানলোন য়ুমঙ্গংদা চংলক্লে। চেংলৌ শকোই হেনবী মথোয় চামরিমক্লা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মপুরোইববু

চেংলৌ শকউরবদা তাংজা মখোয়গী লুরেনতোনবু মালেম লৈদা পল্লা খুরমজখিএ। অসুম্না খুরমজববু ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবনা উরবগী কোলোই য়াথং নিংথিবনা হায়রকএ—থরাই ঐগী চাম্নবীশিং-ও, নখোয় অয়াম্বদা ঐনা য়ারম অচেংপা অমবু হায়রক্কে, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও। ঐদি ইপা নিংথৌগী য়াথং সত্য রাশক মতুং ইল্লা খোইমোম লাইরৈবাকপু তাম্না চংপা খোক্লে। অতুনিগীনা নখোয় অসি থৈবিক্তগী ঐগা লোইননা চংকদববু কনা লৈবনো হায়না পাও-হংববু নাতারবদা মতু চামরি মখোয় অয়াম্বা অতু থৈবিকপু তাংজা মরু লুক্লা কোলোই কনাগুম্বনা পাওখুম্মক্তরবগী মখোয় মরিদংনা শমু মখুং লোম্না য়াথং ভক্তি তৌনা কোলোই পাওখুমজরকএ। মখোয় মরিমক অতুগী কোলোই মমিংথোংদি বিমলা, বসনা, রম্না, সুশীলা কোএ। মখোয় মরিমক অসিনা থ্‌রাই মীয়াম পুম্নমকপু হেন্না চেংলৌ শক্তোই হেন্না নিংথিজেএ। ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মখোক্ল-কপনস্ত নিংথিবী মরিমক্তা উনবী পুক্লিং লুপ্পা থম্লিএ। মখোয় মরিমক্লা মুংশি পুক্লিং চং, প্রেম ঊরোইননা হায়জখিএ—হে ইপু-রোইবা নিংথৌমচা ইবুংঙো, তাও। ননাই ঐখোয় মরিমকপু হুজেক-পিগনো, লেপ্পা পুবি-ও। মালেম লৈবাক পানবা অসিদা হে ইবুংঙো নিংথৌমচা নংবু নত্তনা ননাই ঐখোয়না লৈরোদনা মহৈ করি পাঙ্গল ওইরকপনো? ইবুংঙো নংনা লৈতরবা মথৈবু চেংলৌ ঐখোয়গী মিংয়েং কুম্মৈ মুংডাইনরিবা অসিবু অহিং অমম্বগী মশক মওইরে। হে ইবুংঙো, থিল্লগনো, নংগী ঐগী ইবুংঙোবু ওইরিবা ইকু নিংথৌগী সত্য রাশক অরেপ্পবু ঙাকে হায়বদো ননাই ঐখোয় য়াওনা চংলসে হায়না মতৌ অসুম তৌনা মতু চামরিনা ধর্ম্মাঙ্গদ

যুবরাজ নিংথিববু য়োম্না পুরকপবু লোইদাম থানিংথৌবু ভোংচেং কাইনৌ থরানমিচাক্লা য়োম্বা মত্তমণ্ডল্লা মতু চাযরিনা য়োম্না পুরক্কনা মরাক্লে। মক্তরবা কিরোই নিংথিবা থৈবিকপু শেংভনা মপা নিংথৌগী সনা মথোংথাদা থুংলরে। ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা বৈষ্ণব চরিত্র লিংজেল ওইবা সত্য রাশক কাইদবা অহুনা লাকপবু পলেম মমা পোকমাবী সন্ধ্যারাণীঃ অহেনবীনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ নিংথিববু চেংলৌ শকউরবদা মালেম লৈমাইথক্তা হাইহৎ লৈফাইহুনা য়াম্ব-থিএ। হেকণ্ডাই মুংম্বেং চেং মুংওস খোইবু হোৎনা মিকপথিএ হায়দত্রা ?

শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনস্নুং ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিববু প্রাণ থরাই হাৎলগনে হায়দনা গরুড় চেকনিংথৌবু ভোংনা থোইমোম লাইরৈবাক্তগী কুম্নকলে। মহাদেব লাইনিংথৌনস্নুং কাওরেন শম্ভম্বু ভোংনা কৈলাস সনজীংদগী কুম্নকলে। কার্ত্তিক পাঙ্গলবনস্নুং পোম্বী রাহোং ভোংদনা কুম্নকলে। গনেশ লাইমরুস্নুং উত্তিল ভোংদনা মরাক্লে। চিংগু ব্রহ্মা লাইনিংথৌস্নুং হংস কাংগু ভোংদনা চিংগু লাইরৈবাক্তগী কুম্নকলে। ইন্দ্র সরারেনস্নুং থোইমোম লাই-রৈবাক্তগী ঐরাবত কোবা শামু অভৌববু ভোংদনা কুম্নকলে। ধর্ম্ম-রাজ যম নিংথৌস্নুং ইরোই থরোবী ভোংনা মরাক্লে। বরুণ কোবা লাই অহুস্নুং শজী ভোংনা মরাক্লে। অরুণ কোবা লাই অথোইবা অহুস্নুং পুষ্পরথ দোলাই মক্তববু ভোংনা কুম্নকলে। ভাস্কর কোবা লাইস্নুং মাগী শাথৌবনা অরুণ শাবু থৌদনা কুম্নকলে। শশোধর কোবা লাই অহুস্নুং অথোইবা দোলাই মক্তববু ভোংনা মরাক্লে। কুবের লননিংথৌস্নুং পুষ্প লৈগী দোলাই মক্তববু ভোংনা কুম্নকলে।

হৃতাস [illegible] লাই [illegible] কোইরম শাস্ত্র কোনদনা পুরণবী
লোইসোম লাইহৈরবাকপী চিংদু লাইকপা লেংনা ভিক্রিয়া পুন্নমক
কোহঙৌ নোংমদোহগী কুমকপা অসিবু ব্যাস মুনিনা মুনি সভা
লেংনা ভিল্লিবা পুন্নমক্তা হায়খিএ—হে মুনি সভা লেংনা ভিল্লিবশিং-
ও, খোইরোম মাইকৈ ঙাক্লবা লাই থৈবিক্লা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী
কোম্মুং মুংঙাইবা অহুদা ল্যাক্লিবা অহুদি উনবী পুক্লিং ওক্লা কনানা
খোইমোম লাইশিং খিঙমদবা অহুনে। সূক্ত অভিংঙাম্মী মাংলৌ
লম্বী মহাকপু ইথিং-থিংনা কুমকএ। থৌরম কবিগী কুমকপলো
হায়রবদি মপা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মচানিপা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ
মখোক্লকপবু নিংথৌ থাংশাং মখুংগুনা প্রাণ থরাই হাংকে ভৌরিএ
হায়রবু ভারবগী দমকপু খোইমোম লাইয়াম পুন্নমক থৈবিক্লা ভাংন-
মকএ। মতৌ ওম্মোকপা থৌরয়ে। রুকাঙ্গদ নিংথৌ অথোইবা-ও,
একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়বা কীবগী মরম্মা মাগী গর্ভদগী
মচানিপা নিংথিববু করম্মা হাংকে হায়রিবনো হায়না মাংলৌ লমথাংদা
রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনবু নিংথৌ মতিক প্রাগৎনা ভাংনথিএ হায়দব্রা ?

মতৌ অস্সুম ভৌনা দেব লাইয়াম পুন্নমক থুংলয়ে। মথোয়
অয়াম্বনা থুংলয়বগী কাল মতম অহুদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি
মতু চামরিমকা লোইননা মপা নিংথৌ অথোইবগী সনা মথোংথাদা
চংলক্লে। অস্মুম্না চংলক্লবগা পম্মৌ মপা-মমা অনিমকী সনা খুরা-
য়েনবু ভাংজা কোক্তা কংনা খুমমজখিএ। ব্রাহ্মণ, পুরোহিত,
বৈষ্ণব পুন্নমকপুম্মুং প্রেম ভক্তি ভৌনা খুরুম্নবগা লৈবাক পাত্র অতম্মা
অঙ্গিনচিংলিবা পুন্নমক থৈবিকস্মুং খুরয়ে। অস্মুম্না খুমবশু ব্রাহ্মণ,
বৈষ্ণব, পণ্ডিত, মালেম লৈবাক কোম্নবা পুন্নমক্তা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ

নিংথিবা বৈষ্ণব চরিত্র লমচংনবা ভক্তি সত্য য়াওক কায়দবগী নিংথি মচৌ চংথোনবা অহুবু উরবনী ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, পাত্র লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্তি প্রেম মরাং হোনা মালেম লৈমাইথক্তা ওন্না মিকপথিএ হায়দত্রা ?

হন্তিনা লৈবাকং পুন্নমকী মুপী নিপা অয়াম্বা থৈবিক্রা মোহিনী থোইমোম লাইগী চমুবু য়াথং অথাবনা মিচৈনথিএ—হে মহাপাপী কত্তরবী নংনা মাইকৈ লমদম কদায়রমদগী লাক্লনা থোরম ওম্থোকপা অসুথা য়ারম অয়াববু পিয়রবনো ওম্থোকএ। থোরম অসুম ওইরবা মহাক অসিদা লোশিং য়াথল তৌদনা লৈরিবা মহাপাপী নং অসিদা উংকী মপৈ ওইনা তুমসনো হায়না অসুম্না মিচৈনথিএ। য়ারম অসি মতুংদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি মাগী পাইমা উনগোইঙ্গুদা ধ্যান লাইনিং কায়দা, পুক্নিং থুকম হোংদনা আসন মাগী লাইনিং-কমদা কয়া, মপা য়াথং কায়হন্দনা শ্রীগোবিন্দ অথোইববু ভজন লাইনিং কাওদনা নিংজরবগা উনবী পুক্নিং মরাং কাইনা হয়াও মথোই তৌদনা পাওমেল্লকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, ননাই ঐবু প্রাণ থরাই হাংনা বলিদান তৌববু থিনবিরগনো হায়না য়াথং ভক্তি তৌজরবদা মপা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মপারিগী কোলোই অয়াথং নিংথিববু তায়বদা মুংশি পুক্নিং চং, থম্মোই মৈচাক থোইনা চেংলৌ মমিং অলিমক্তা প্রেম ধারা ঈচেম্না মিকপ্লবগা স্নান লাইজ ইরুথোক্লবগা জপ-তপ মতম তৌনা কৃষ্ণ পূজা তৌরে। সূর্য্য পূজা তৌরবগী থোরম অহু মতুংদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জথিএ—অভিংতাগী মকোয়দা লৈরিবা হে গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবা, নংগী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু কায়বা কৌবগী দয়কপু ইপারি ঐনা

খোকপা থরাই ঐগী লল ওইনরিবা মুংশিমথৈ লৈতবা অসিবু হন্দোক্কনা প্রাণ থরাই হাংকে হায়না তৌরিএ। শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ লাইমরু অথোইববু নিংশিংলবগা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ চেংলৌ শকোই হেনবা শমু মহাকশাংবু পুণ্য মতুম ওইরিবা অহুদি মাগী আসন ফমুফম নিংথিবা অহুদা ফম্না ধ্যান পুক্লিং চোইদনা ভাংজ্বা মাগী মরৈভোন্দা হরি হরি কুংনা শোল্লে। পদ্মৌ মপা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না থাংশাং মথুংগুু অথৌববু শমু খুত্তা পাইরবদা শূন্য অতিংঙাদগী থোইমোম লাইরাম পুম্নমক্কা চেংলৌ মিংথিংলবগী মিপাই কোকই কানা হকশাং মতু চুংনা শোংকিনথিএ হায়দত্রা ?

রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা শমু মহাকশাংবু পুক্লুং চংবী লৈয়োল থোকুম হকশাং থোইনা নিংথিবা অহুগী ভাংজ্বা লুরেমতোনবু ককথোক্লংগ হায়না থাংলেন মথুং-শুবু বাংনা হাইগংলকপবু শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ অথোইবনা শূন্য অতিংঙাদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী থাংলেন মথুং-শুবু ফাভম্নবগী অহুম্না ফারবগা নিংথৌ মমাং শংশংবদা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা মহাকী মূর্ত্তি শংশংববু উহল্লে। ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বরনচিংনা থোইমোম লাই-য়াম পুম্নমক থৈবিকস্থুং রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী মমাং শংশংবদা মাগী মাগী মূর্ত্তিবু লেপ্পা উহল্লে। শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অথোইবনা শঙ্খ, চক্র, গদা, বাঁশী খুৎশুনরিবা পাম্বোম মরি পানবা, কিংগ সনা অশংববু চৈচৈ কিজেৎনরিবা ঈশ্বর মপুরেন অথোইবা অহুনা রুকাঙ্গদ নিংথৌ মপা-মচাবু মুংশি পুক্লিং চংনা মনাই ভক্ত মুংচানববু ওইনা কোনথুং-লিরে। শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনা হায়রিএ—হে হকশাং নব অনৌবা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবা-ও, নিংথৌ মপা-নচাগী সত্য

রাশক অচেৎপা অসিদি ওন্থোক্লা কনমগে। সংসার মালেম ভাইবং-পানবা পুম্নমক থৈবিক্লা তৌওমদবা সত্য রাশক অমনবু মঙ্গলবনি সীনা খোইমোম লাইরাম ঐখোয় থৈবিকপু নংগী শমু খুত্থম চনখিরে হায়না খৌজাল মায়োক্লনা লল কুবিখিএ হায়দত্রা?

রারম অসি মতুংদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেল্লা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনববু শমু খুৎশম্নদনা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অখোইবগী পাদ-পদ্ম সনা খুন্না খন্নাল নৈ অনিমক্তা তাংজা লুরেনতোনবু মালেম নৌদা পক্লা প্রেম মিকপ চৈরোইননা খুরুমজখিএ। শ্রীহরি মপুরেন অখোইবা মহাক্লসুং অমরক হন্না কোনখৎপিরে। পথৌ মপা-মচাকু খৌজাল মায়োক্লনা অনোবা অমরক হন্না লল কুবিখিএ।

থৌরম অসি মতুংদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনবু শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অখোইবা মহাক্লা পাওকৌশিল্লকুনা রারম অখোইববু হায়খিএ—হে মহাশয় রুকাঙ্গদ নিংথৌ অখোইবা-ও, ননাই নশন অমাম্বা পুম্নমক্তা লোইননা একাদশী ব্রত অরুববু তৌরিবা অসিদা একাদশী ব্রত তিথি মাকমৈ অখোইবা অহুবু কৃষ্ণ ঐগী শমু ইহাকশাংনে হায়বা অসিবু করম্না খংবনো? রারম মতৌ অমসুং ব্রত চাকহেন অচৌববু কায়বা কীবা মরম্না নপারি মুংশিবা অসিবু বলিদান তৌগে হায়না করম্না তৌরম্লিবনো? হৌজিক্তি হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন অখোইবা-ও, নিংথৌ নংগী নতিক অচৌবা অসিবু ওন্থোক্লা পুণ্য ওইরে। মহাদেবগী লৈবাক মুংওাইবা কৈলাস সনজীংদা নংগী খুবম ওইববু পাম্বরা অমদি ব্রহ্মা শিদকী লৈবাক মুংওাইবদা নংগী কম্বী ওইববু পাম্বরা অমদি সরারেনগী খোইমোম লাইরৈবাক্তা নংগী কম্বী ওইববু পাম্বরা? কম্বী মকম অহুমক অসিদগী নংমা পাম্বা কম্বীবু হায়-ও, ঐনা নত্তোম্বা

ঈপিনগে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা হায়রকখিএ—হে ইবুংঙো থৌজাল লনকু মপু ওইরিবা-ও, কম্বী মকম মুংঙাইবা অহম্মক অসিবু ননাই ঐনা মতৌ অমুম ওইগে হায়রবা ঙম্লরোইএ। হে ইবুংঙো ভগবান মপুরেন অথোইবা-ও, ননাই ঐনা নিংজবা ব্রারম অমতিদি লৈএ। ঐনা নিংজবা ব্রারম মহাক অহুদি, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুয়ারেন অথোইবা অহুগী লেংদবা ননাই ওইববু ঐনা পামজৈএ। ব্রহ্মগী মপুরেন হে সনাতন অথোইবা-ও, নংগী সনা খুয়ারেন নিংখিববু ননাই ঐনা পাইজদনা হয়া হয়া খুরুমজরবনে। অনাথ মপু লৈতরবা থৈবিকী মপুরেন অথোইববু ওইরিবা হে ইবুংঙো, ননাই ঐনা হয়া হয়া হায়জরিবা অসিবু থৌজাল নরনকুদগী কোলোই য়াথং নিংখিববু পিনবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুমজখিএ। ননাই ঐনা নিংজবা ব্রারম অথোইবা অসিদি ইনাই ইশন অয়াম্বা পুয়মক্কা লোইননা, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুয়া থম্বাল লৈবু পামজৈএ। মালেম তাইবংপানবা অসিগী মপু ব্রহ্মাণ্ড অচৌবা অসিগী মবুংঙোবু ওইরিবা ঈশ্বর মপুরেন অথোইবা নংবু ঙসি কোরৌ মুমিৎ অসিদা চেংলো ইমিৎ থিংনা উজববু লেপ্পা তানফংজরে। ননাই ঐগী শামী-লাম্মী অয়াম্বা পুয়মক লোইননা, হে ইবুংঙো, নংগী সনা নথোংথাবু তানফংজবা অহুদবু পিনবি-ও। ব্রারম মতৌ অমসুং ইবুংঙো নংগী খুবম অথোইবা অহুদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর, মহাদেব মহাক্না চিংলিবা থোইমোম লাইয়াম পুয়মক্কা নিংজদনা পংনা তানফংবা ঙমদরিবা কম্বী অহুনে। অহুক লুবা খুবম অচেৎপা অহুবু ননাই ঐনা পুক্লিং থৌরাংনা পামজ-রুন্নি হায়না ভক্তি তৌনা হায়জরবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী পুকথং খুবম অচেৎপা ভক্তি-প্রেম অরেপ্পবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগী উনবী

পুক্নিং য়াম্না পেম্নবগী য়াথং অমৃত নিংখিববু পিনয়ক্নে—হে নিংথৌ নপা-নচা অসিদা ঐগী ইনাই ভক্ত লেংদবা মহাকপু লেপ্পা মওইরে। হে রুকাঙদ নিংথৌ-ও, নংনা নিংবা পুক্নিং অহুব লেপ্পা মথুংজরো হায়না থৌজাল মায়োক্ননা লপ কুবিথিএ হায়দত্রা ?

---

## বাহৈ থরগী অর্থ

### অ

অতাম্বা—অথাম্বা

অধর— ( সং ) চীনবান

অনাথ— ( সং ) মপু লৈতবা

অপরাধ— ( সং ) অয়োন
অরান, লঙজবা

অমন থমলৈ কুম্বা—শিবা

### আ

আচার— ( সং ) লমচৎ

আনন্তশেষ— পাতাল লৈমাবা,
লিন নিংথৌ

আসন—( সং ) ফিদা, ফমফম

### ই

ইমুং কৌবা চীৎমুং শোইরক্লবগা
— নোংভাল্লগা

ইমুং শোইবা— অহিং নোং-
শোয়বা

ইমুং শোয়াইমদা — অহিং
চবুক্তা, নোংয়ায়দা

ইপারি— ইচা নিপা

ইমোম— ইচা নুপী

ইশাবি— ইয়াম্বা, তাদা,
ইপুরোইবা

### ঈ

ঈরেনপুং— সমুদ্র

ঈশ্বর— লাই, ভগবান

### উ

উনবী— পুকনিং

উনবী-পুকমান্নবা— পুকচেন
তিন্নবা, পুকচেল খোয়জেল মান্নবা

উয়োরবগী— উহৌরবগী

### ঋ

ঋষি— ( সং ) মুনি

### এ

একাদশী— ( সং ) তরা-
মাথোইনি পানবা অমম্মুং
কুম্তক্ককনি পানবা থাবান

### ক

কণ্টক— ( সং ) তিংথং

কর্ণ— ( সং ) নাকোং

---

সং — সংস্কৃত

ক্রোধ— ( সং ) অশাউবা

কাওরেন— ষণ

কামু অতোম্বা— চেংলৈগী নিং-থৌ ভাওবুং খোংতোবনা ইরেম তোইবী লৈমা থাইনরুবগা অমুক হন্দিন্নবগা পোকপা মচা

কোংয়াং— ব্রা

কোরৌ নোংজা খুদিং— নুমিৎ খুদিং

কোরৌ নোংমদোন— অতিয়া

কোরৌ নোং শীংজং — বজ্র

কোলোই— মিং

কৌবা অভাংভা— মৈতৈ নিংথৌ খুয়োই তোম্পোক্কী মচানুপী লৈমা লাইরোকলেম্বীবু লৌবা কৌবা মপু নিংথৌ

কৌবা চিংনুং শোই শোরাতৈনা ওন্নকলবদা— নোংভান্নকলবদা

# খ

খমনুং— যম, অশিবগী লৈবাক

খেন্নেন— খ্বাইদগী কবা মতম

খোইনৌ— মভা

খোইমোম— লাই

খোংলোই— পাউ চৎপা মী, দূত

খোংশান্নকলে— যাত্রা তৌরকলে

খোম্নেন তুমগন্দা মিংম্নেং নাও-শুমদনা— মিৎ ককলা অমত্তা উইদনা, অহিং তুমদনা

# ঙ

ঙাইখোম্বা মপারি— ঙাইখোম্বগী মচা নিপা

# চ

চন্দ্র— ( সং ) থা

চরিত্র— ( সং ) লমচৎ

চিঙোই— য়াথং

চিন্তা তৌনা— য়াথঙ তৌনা

চীংলেন পনলংলা— চীং অয়াংবা

চেংলৌ— শক

চৈরোইননা— লোয়ননা

চোইনৌ— সনা

চোকথ হুইথনা— হকচাং ইপং পথনা

## ত

তন্না— উ

তাওবুং থোংতৌবা— চেংলৈগী নিংথৌ থাংমিং থোংজোম্বনা পোকপনি, নিংথৌ অসিনা লুম্বাং নিংথৌ চন্নু তৌইবীরৈমা লৌথি ।

তাংজা লুদা থোংনা— কোক্তা থোংনা

তানকংজরে— কংজরে

তালোই— মতু

তিথি— মাকমৈ, থাবান

তিল— ( সং ) থোয়দিং

তৌইকুম— তৌইগুম্মুং

## থ

থানিল— পূর্ণিমা, তরামতানি পানবা

থাশি— অমাবস্যা, কুম্‌হ্রানি পানবা থাবান

থিরেন— থা, থবাক

থোংনেক চরসে— থবক নেকপুসে

## দ

দশমী— (সং) তরানি পানবা, কুনমতানি পানবা

দামোদর— ( সং ) শ্রীকৃষ্ণগী অতোপ্পা মিং

দ্বাদশী— ( সং ) তরানিথোইনি পানবা, কুম্ভরেংনি পানবা থাবান

## ধ

ধর্ম্মরাজ— যম নিংথৌ, থমজুং লৈমাবা

## ন

নতা খুনপোইদা— নমান্নবগী ময়ুম লৈকাই কোয়দনা

নমান— নকু

নমু— মী, তাইবং মী ।

নমু পোং ওইবা— তাইবং মী

নয়নকুদগী— নথোজান্দগী

নাপা চিকথেয়না— নাকোংদা তুমিন্না বা হায়হনা

নিন্দুং— থা শিথরকপা, কৃষ্ণ পক্ষ

নিম্মাং— থা পানথংনকপা, শুক্ল পক্ষ

মুংচানবা— মুংশিবা, লুনা তৌবা
মুংবং চংনা— চময়না
মুমিৎ চায়থখিরবগা— মুমিৎ থেংজিন্নকলগা
মুমিৎমদা— নোংমগী মুমিৎতা
মুমিৎ শিংওন খুদিংদা— নোংমা নোংমা হৌখ্রবদা
নৃত্য— ( সং ) জগোয়
নোংজা খুদিং— মুমিৎ খুদিং
নোংদম থোয়া— লাইনা ভমথিবনা
নোংকাই— লৈচিন
নোংমদোন্দা— অভিয়াদা
নোংমনথিরে— শিখ্রে
নোংশাং— মুমিৎ কুইনা
নোংয়াই— থুমন

## প

পঞ্চ পাপ— ( সং ) পাপ মঙা
পন্থৌবা মচাগুম— য়পা অমত্তনা পোকপা মচিন-মনাওনা তৌবগুম
পনম হেকমাই কাবা— চথোক কোয়থোক্তনা
পলেম পিশোন্নবা পন্থৌ পাশোন্নকলে— নাহেন্নবা মমা-মপা কৌরকলে
পলেম্বীমচা— মমা অমত্তনা পোকপা মচিন-মনাও
পাইমা উনগোইন্নংদা— পূক-মুংদা, পূন্নিংদা
পাইমা সনা লিনগোইগী— গর্ভদগী
পাওকৌরুরগা— কৌরুরগা
পাকোই— পিত্তম
পাচা— শাগৈ
পাত্র মিত্র— অঙম অথৌ, য়াইতোং থমদোং
পাতালপুর— ( সং ) পাতাল লৈবাক
পাত্তেশ্বরী— ( সং ) মহারাণী
পামেল— উ
পুন্নিং থোইথৈত্তানা— পূকনিং চংনা, থম্মোয় য়াওনা
পুত্র— ( সং ) মচা
পুম্বুং— লফু
পুরন্দর— সোরারেন

পূর্ণ— ( সং ) মপুং ফানা
পোইরৈ— মৈতৈ
পোম্বী— উচেক

## ফ

ফম্বী— লৈকম
ফুমবংনবা— চময়বা, তোকম খণ্ডবা

## ব

বিগ্নি— ( সং ) মৈথায়বা
বিধি নোংদমখোনবু হেনকদবদগী — বিধিনা তমখ্রবা ককপা য়াদবগী
বৃহস্পতি— (সং) শগোলশেন
ব্রজ— ( সং ) চাকহেন

## ভ

ভগবান— ( সং ) ঈশ্বর, লাই

## ম

মখোল্লকপা— মখোক কারকপা, ইনথংলকলিবা
মনোংয়াই— মণ্ড নিপা
মপারি— মচানিপা
মবিংঙা— মাখোয় অনি
মমোম— মচা মুপী
মমোমলোন— মচা মুপী
ময়নকু— মখৌজান
ময়ান লোনয়ুমমুংদা— মুম মমুংদা
মশানৌ— মনাও ইবেম্মা, মতু
মশাবি— ময়াম্বা
ময়ু— মবুধো
মাকমৈ— থাবান, তিথি
মাকলৌরেন— ইঙ্কাক
মানলৈ চিংওয়কলে— অহল ওইরকলে
মানলৌ— ফি
মিংয়েং শানথৈরে— উরে
মুখ— ( সং ) চীন
মুনি— ( সং ) ঋষি
মুনি লেংনা তিনবা— সভা
মৃত্তিকা— ( সং ) লৈপাক
মোইকাই— চীনবান
মোংবা ময়ুম নাক্তা— ময়ুম ময়াক

## ল

লকান্নুংদা— থম্মোইন্নুংদা

লমওকণ্ডম্মে— ওকলম্মে

লমথাংদা— লম্বীদা

লাইমরু— অথোইবা লাই

লাংওল অমরক্তা— মপোক অমুক্তা

লাঙ্গোই— শামু

লাঙ্গোই মোইশায়া— শাম্নু

লাংহৈ— চহী, কুম

লুরেনতোন্দা— কোকতোন্দা

লেংনা তিনবা— সভা ফম্বা

লেম্লৈ— ভা

লৈডম্বা— লৈরম্বা

লৈরাং— লৈ

লৈরাং অতিংগা— কান্নদবা, অরেম্বা

লৈরোদনা— লৈহোদনা

লোইদাম— থা

## ৰ

ৰাইরা— ভেল

ৰাংগ্রোন— মৈক্তৈ নিংথৌ চন্নু

ৰাহমলকে— হায়রকে

ৰাহায়নিংঙাই শাংঙনবা— য়েংনবা, নিংঙাই তৌনবা, থংনবা

## শ

শকহেনবী— মশক মতৌ ফজবী

শঙ্খ— ( সং ) মোইবুং

শম্নাং— শম

শরি শোনবা— ৰাশকপা

শিংঙেল— লৈ

শিরাপ— মীচৈ, শাপ

শোংকি চংনা— মিপাই থবাইনা, পুকনিংদা অকিবা পোকনা

শোরিবা— নত্তবা, ওইদবা

## স

সূর্য্য— ( সং ) নুমিৎ

স্বামী— ( সং ) মপুরোইবা

## হ

হনৰাইরক্লবদা— হল্লকলবদা

হাজং নৈবা— থাম্বা

হেকঙাই নুয়েং চেনবু মিকপথি —হীকনা হীকনা কপথি

য়

য়াইরংচান— হুমিৎ

য়াওরা থানিন নোং—পূর্ণিমা হুমিৎ

য়াংলৌ— লম্বেন, লমথাও

য়ারেন খোংজিতোন— য়াতোন

য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা — হুমিৎ

য়োইরুমলোন— লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাকী নিংজেন

য়োন্দনা— শোয়দনা

লোইরবা।



## অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ১৩ | মপুথেনগী | মপুরেনগী |
| ৩ | ১৩ | অথুল্লবু | অথুপ্পবু |
| ৬ | ৩ | শিঙা | শিকা |
| ৬ | ১০ | নরিন | নারিন |
| ৭ | ৭ | অংশা | অংশ |
| ১০ | ১৪ | লাঙ্গোই মোইশরা | লাঙ্গোই মোইশারা |
| ১০ | ১৪ | শমু | শামু |
| ১১ | ৫ | চৈরি | চৈরৈ |
| ১৩ | ৪ | ছমথংলক্লবগী | ছমথংলক্লবগী |
| ১৩ | ৮ | থমৈ | থমৈ |
| ১৭ | ১৫ | পানম | পনম |
| ৪৩ | ১৪ | থৌরিবুনা | থৌরিনা |
| ৪৫ | ১১ | থল্লুদদা | থল্লুবদা |
| ৪৬ | ১৫ | থৌহৈদবা | ভৌহৈদবা |
| ৪৯ | ৪ | ছপ্না | ছনা |
| ৪৯ | ৯ | [illegible] | পুন্নং |
| ৫১ | [illegible] | পুণিমা | পূর্ণিমা |

